সম্মা হায়রবদা ৱারীশিং অসি পাবা নুংঙাই। অনৌবা ৱারী মওঙ অমা - ৱারীগী theme সু খরা নৌবা, লীবগী মওঙসু খরা নৌবা, শিজিন্নরিবা লোনসু লৈশি-লৈথোন কয়া য়াওদবা ইচম চম্বা ওইনা তৌবা - ৱারী মচাশিং অসিদা থেংনৈ। য়াম্মা refreshing ওই। ইবগী লমদা নৌনা খোংদারক্কবসু খোংচৎ অসি খরা শাংনা চখরক্কদবা মাল্লি। তুংগী আশা য়াম্মা তৌবা য়াই।

নাওরেম খগেন্দ্র সিংহ

# ASIAGI MANG

A Collection of Short Stories in Manipuri by Kangjam Radhakumar Singh and published by Shrimati Kangjam Ongbi Geetabali Devi for K.P. Publications, Imphal in 2010.







| | |
|---|---|
| অহানবা খুৎনম | মে, ২০১০ |
| মশিং | ১০০০ |
| মখুম য়েকপা | অহৈবম কৃষ্ণদাস সিংহ |
| কম্প্যুতর দিজাইন | নোংথোম্বম ভগীরথ সিংহ |
| মমল | লুপা ৮০ |

লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুং লম্পাক্তা নম্বা।

# শকতাক ৱারোল খরা

কাংজম রাধাকুমারনা ইবা 'এসিয়াগী মঙ' কৌবা ৱারী মচা খরা খোমজিল্লগা ওইখিবা ৱারী মচা চবুন, anthology অসি পারে। য়াম্না নুংঙাই। ৱারী মচা ইবগী অনৌবা মওঙ খরসু উবা ফংঙি। অইবগী ইহান-হান্বা creative writing গী পোৎথোক অমা ওইবসিনসু অমুক্কা হেন্না ৱারীশিং অসিনা অপাবশিংগী পূক্লিং চিংশিন্নবা শাফু অমা ওইগনি হায়বগী থাজবা লৈ।

রাধাকুমারনা ৱারী মচা ইদুনা লাইরিক ওইনা ফোংলক্কনি হায়বসি ঐদি কয়া থাজরুদে। মহাক মতম অমদা Manipur University গী M.A. (English) কি ছাত্র ওইরমই। অফবা ছাত্র অমা ওইনা ওজাশিংনা মশক খঙলমই। M.A. গী অরোইবা পরিক্ষাদা First Class ফংখি। Department অসিদগী থোকখিবা ছাত্রশিংগী মরক্তা First Class ফংবা অসি মানা ইহান হাল্লম্বা য়াই। মতুংদা MCS ওফিসার অমা ওইনা তমেংলোংদা অমুক মাগা ঐগা থেংনৈ। ঐগী ছাত্র ওইখিবা নহা অমনা অচৌবা থবক অমা পায়দুনা লৈরম্বা অদুদা ঐহাক য়াম্না পেনখি।

তমেংলোংগী ওইবা অপিকপা problem অমগী মতাংদা মানা ইরিবা খরদা সাহিত্যগী ওইবা লোনগী মওঙ উবদা চহি কুইনা ওজা ওইরকপগী ছাত্র অমদা তাক্লিংবগী ৱাখল লাকখি। খরা লৈরগা ইম্ফালদা posting তারে হায়বা তাখি। হৌজিক্না অমুক Imphal (West) কি D.C. ওইরে, ৱারী মচাগী লাইরিক অমা ফোঙগদৌরি হায়ররে। ওইরক্কদবা ইমান-মান্দবা অমা থোক্লরে। তৌববুদি ব্যুরোক্রেতিক ওফিসার অমনা creative writing তৌরোই হায়বা লৈতে। পৃথিবীগী ওইনা য়েংলুরবসু T.S. Eliot বেঙ্ক অমগী থবক তৌরিঙৈদা 'The Waste Land' ইখি। আমেরিকাগী মমিং চৎলবা কবি Wallace Stevens, Insurance Company অমগী ওফিসার মচা অমা ওইরমই। India অমসুং Manipur দসু অদু মওঙয়। Literary sensibility লৈবা মী ওইরবদি মাগী পূক্নিং, থম্মোয় অমদি আত্মাদা হুমজিল্লকখিবা সুর অমদি খোঞ্জেল অমদি কাওথোকপা য়াদনা য়েরকখিবা শাফুশিং অদু ফোংদোক্তবা ঙম্লোই। রাধাকুমারনা creative writing দা মায় ওনশিল্লপ তৌরক্লিবগী অতোপ্পা মরম অমসু লৈরি। মাবু পোকপা লৈখিদ্রবা ঐগী মরুপ পঁদ্মকুমার লমদম অসিগী মশক নাইরবা শৈরেং ইবা, সাহিত্যগী ওইজবা কল্পনাগী সংসারদা

উঙদুনা লৈখিবা মীশক্লি। ঙসিগী ৱারী মচা ইরিবা ওফিসার অসি সাহিত্য পামজবা মপাদগী লৌহৌবা নেশা অমা চূরন্নোয় হায়বা লৈতে।

রাধাকুমারনা ইরিবা ৱারী মচাশিং অসি মাগী নোংমগী ওইবা পুন্সিদা থেংনবা থৌদোকশিংদা য়ুম্ফম ওইবা ঙাক্তনি। অচম্বা থৌদোক ঙাক্তনি। শিজিন্নরিবা লোনসু নোংমগী পুন্সিদা শিজিন্নরিবা লোন, living speech, অদু ঙাক্তনি। ৱারীশিং অসিসু ইতেন-তেন্বা ঙাক্তনি। অদুবু অসুম পাথরকপদা লীরিবা ৱারীশিংগী য়ুম্ফম ওইরিবা থৌদোকশিং অসিসু অদুগা শিজিন্নরিবা লোন অসিসু করিগুম্বা শক্তি নত্রগা শাফু অমনা চেনখিদুনা মশক-মচু খরা ওনশিল্লকপগী মওং অমা থোক্লকই। Metamorphose তৌখিবগী মওঙ অমনি হায়বসু য়াই। তশেংবমক্তি লীরিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অদু মখল অমগী metaphor শিং ওইখ্রবনি। Metaphor ওইখ্রবদি metaphor গী মশাগী ওইজবা শক্তি নত্রগা energy অমা য়াওরক্লবনি। মসিগী থাক অসিদনি creative process কি মওং খরা হৌখ্রিবসি। শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংসু অনৌবা energy অমনা charged তৌখিবগী মতাঙ অমা য়ৌরকই। মশ্বাই মতাঙ অসিদা অইবগী ইচম-চম্বা personal experience তা য়ুম্ফম ওইরগা হৌখিবা

ৱারী অদু মীয়ামগী ওইবা Universal Experience কি ৱারী ওইরকই। হায়রিবা creative process কি মতোমতগী ওইনা থোক্তবা য়াদদুনা থোক্লকইবা ঈচেল, ওইদবা য়াদদুনা ওইরকইবা মওং অসি রাধাকুমারগী ৱারী মতেকশিং অসিদা উবা ফংই।

ৱারী চবুন অসিগী Title Story ওইরিবা 'এসিয়াগী মঙ' হায়বসি মীওইবা সমাজগী ৱারীনি। সমাজগী মীয়ামগী পুন্সিগী তম্বা ঙমদ্রবা, মায়কৈ চপ-চানা লেপ্পা ঙমদ্রবা খোংচৎ অসি করিগুম্বা অকক্লবা মতম অমগী ওইনা খন্নখিবা অমদি য়ানখিবা ৱাফম অমগী ৱারেপ, formula অমনা অদুম পুনশিন্দুনা থম্বা য়াবা নত্তে। মফম অমসুং মতমগী মরক্তা লৈরিবা মরী অদুগী হোংলক্লিবা মওঙশিং অদুগী মখা পোন্দুনা লৈ। লম ইহাঙ-হাঙবা, মী য়াম্না তাদবদগী মী মশিং য়ামখৎহন্নিংই। মী য়াম্মল্লকপদগী চরাঙনবা, লৈবদা নুংঙাইতবা ফিভম লাকই। মদু কোক্লবা উপাই অমুক থিরকই। উপাই অদু শিজিন্নবদগী অৱাবা ফিভমদা অমুক পুৎথরকই। পৃথিবীদা লৈখ্রিবা সভ্যতা মওঙশিং, civilization কয়াগী ৱারীশিংসু মসিনি। রাধাকুমারগী ৱারী মচা অসিদা হায়রিবা ৱাফম অসি সম্না, তেন্না অমসুং অচম্বা রাহৈনা ফোংদোকই। অসিদা নত্তনা

অইবনা পুন্সিদা থেংনখিবা কাউদনা লৈরবা experience শিং অমদি কল্পনাগী শক্তিনা শাগৎলকপশিং অদুসু creative process কি শক্তি লৈরবা machine অদুদা থাদদুনা সাহিত্যগী শক্তম অমা ওইরিবা ৱারী মচা ওইনা পুথোক্লকপনি। মখল মথেল ফনা য়ামই। অরৈবগা অয়োনবগগী লোইবা নাইদ্রবা নিংঙাই, মমা-মপাশিংনা অঙাং ওইরিবা মচাশিংনা তৌরিবশিং উরু-তারুবদগী ফংলকপা পুন্সিগী অনৌবা মহাও, মীয়াম্নদি খঙবিদ্রবা নুংশি-নুংওলগী মিৎচিনা ফৈরপ কাপখিবা মিৎয়েংচিংনবগী মতাংদা ইবা ৱারী খরসু য়াওরি।

সম্না হায়রবদা ৱারীশিং অসি পাবা নুংঙাই। অনৌবা ৱারী মওঙ অমা – ৱারীগী theme সু খরা নৌবা, লীবগী মওঙসু খরা নৌবা, শিজিন্নরিবা লোনসু লৈশি-লৈথোন কয়া য়াওদবা ইচম-চম্বা ওইনা তৌবা – ৱারী মচাশিং অসিদা থেংনৈ। য়াম্না refreshing ওই। ইবগী লমদা নৌনা খোংদারক্লবসু খোংচৎ অসি খরা শাংনা চখরক্কদবা মাল্লি। তুংগী আশা য়াম্না তৌবা য়াই।

নাওরেম খগেন্দ্র সিংহ

# ঐগী লৈখিদ্রবা দেদি-দা

কৎচরি। কৎচবসিনা ব্লাহৌরগে, ব্লাহৌ-নি ঐগী। ইবগী কলাগী অশাংবা লশ্বীসিগী।

মতম অমা ঐনা নহা ওইরিঙৈ। হোই, নহা ওইরিঙৈদনি। তাংদাংবা মতমদি খঙদ্রে। অঙাংমক্তি নত্রা মতম্নি। ব্লাখল খনবা পোৎশক অমা ওইরবনি ঐ। মতম অমদি ঐ কৈগীনো খঙদে শিগনি হায়সি সুংথা থাজখিদে। সুংথা থাজখিদে। শিবগুম্বা নুংতিগী থোকপা ইচম চম্বা থৌদোকসি ঐগী থব্লায় মরুদা চংউ য়াখিদে। মী শি হায়বসি অদুম মখংই অদুবু ঐ শিগনি হায়বসিদি ঐ সুংথা থাজখিদে। সুংথা থাজখিদে। থাজদবৈ থোইদোকপা মরম লৈতে। চুম্নসুম থাজদবৈ ব্লানি। কৈগীনো খঙদে। ঙক্লি ঐ ঙসি পুন্সিগী মতাং অমদা নোংমা শিগনি থাজখিদে। মরু ওইনা তুম্লমদাইদা। ঐনা খনখি— ঐ শিরোই। শিবা নাইরোইদবৈ লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিংদা ইরুজবদৌনা নুংঙাইখিবা পুন্সিগী মিৎকুপ খরদো ঐ অয়ুক্কী লিক্লাগুম তরং তরং নীংশিংলি। ঙসিসু ঐঙোন্দদি মদো কাতু-কারনগী ব্লাখলগী ঈচেল অমগুম লৌবা ঙমদে। ব্লাখলগী ব্লাংমদা লৈবা, ইশাদা তশেংনা ফাওখিবা তাংলবা

পুন্সিগী মিৎকুপ খরনি। ঐ শিগনি থাজদবা, সুংথা থাজদবা মিৎকুপ খরনি।

ঙসিদি ঐ থাজরে। ঐ মীনি— মীদি নোংমা শি হায়সি খঙলে। পোকপা শিবগুম্বা ইচম চম্বা ৱাফমসি হৌজিক্তি শোয়দ্রবা অতাবীনি হায়সি খঙলে। থাসু থাজরে। মী হায়সি পোকই অদুদগীদি শি। ইধৌগা শকমিন্নখিবা সন্ধ্যা আর্ত্তিগী ময়েক্তি চিন্দা পক্লি; ইধৌদি শিখ্রে।

ধনমোর নিত্যাইনন্দ পতিমোর গৌরচন্দ্র
প্রানমোর যুগল কিশ্বর ।

অসুম্না অসুম শিখিবসিদা হৌখিবা চহিদা ঐবু পোকপিরম্বা ইপাসু লৈখিদ্রে। তানিংবা ঈশৈ অমা খঙহৌদনা লোইখ্রে। থাজদনা। শিখ্রবনিনা অয়ুক-নুমিদাংগী পুন্সিদা ৱারী-ৱাতাই শান্নমিন্নরম্বদু শান্নররোই। সুংশান শান্নররোই। মরক মরক্তা নীংশিংবা নত্তনা নীংশিংলরোই। নোংফাদোক মঙদা উবা নত্তনা উররোই। মপোকসিমৈ।

And you, my father, there on the sad height,
Curse, bless, me now with your fierce tears, I pray.
Do not go gentle into that good night.
Rage, rage against the dying of the light.

সাহিত্যবু নুংশিজখিবা ঐবু পোকপিরম্বা ইপাদুদা–ঐগী দেদি-দা ৱাহৈ মঙা তরাদং কৎচনিংই। হৈরাং-লৈরাংগুম। ফজথ্রবা ৱাহৈ মঙা তরাদং। কবিতাগী মুক্তি ফংলবা ৱাহৈ খরদং। মূর্তি চুম্না মরোমদোম লেপচবা ঙম্বা ৱাহৈ খরদং।

সিতনি ঐনা থিরিসি। সিতনি ঐনা ঙাইরিসি। লৈয়েং ফাইনা। অমম্বদা। মঙাল অমৈদমক।

অশিবগা অচংবগা উন্নবা য়াদ্রবসু হরাও হরাও তরাম তরাম কৌনদুনা। অশিবগা অচংবগা নক্লবা য়াদবরা। মরুপ-মপাংগুম। কৈগীনো অশিবগা অচংবগা ফাওননবা লোন ঐগী লৈত্রিসি। ঐগী ৱাহৈ পুকৈ অসুক লাইররিসি। অসুক লাইররিসি।

পাক্লবা মালেমসিদা ইথন্তা লেপ্তুনা লৈহৌরে। ইথন্তা পাক্লবা মালেমসিদা। কনাসু লৈতে। করিসু লৈতে। ইথন্তনি। বিন্দু অমতনি ঐসি পাক্লবা অতিয়াদা এরোপ্লেন তোংদুনা। ইথন্তা খোংবু য়াওদনা ইয়ুম ইম্ফালদা হল্লকপদা কনাসু য়াওদনা দিল্লিদগী। ইথন্তা উইনিংলবা, খোয়থুম্নরবা নুংশা মঙালদা। ঙমখৈ লাম্না শিংলিবা নুংশিং মরক্তা। মানা পাইরি। তপ্না পাইরি। অমুক নেমথা। অমুক ৱাংখৎ। ইপোম হৌদনা। তপ্না চংলি মশা লূম্নবী য়ুমগী মৌগুম অচৌবা ইমুংগী।

চীংলেম্না অঙৌবা লশিং মফোল মরক্তা। খমুং শন্না তানখিবা মতুংসিদৈ দেদি-দো, ঐগী দেদি-দো ঐগা অসুম অসুম লাপথোনরক্নে। ন্নাহৈ খরনা শমজিন্নদনা। অসুম অসুম। নোংম নোংমগী। ন্নাহৈ খরনা শমজিন্নদনা।

পুন্সিসি য়াম্না তেল্লি। পামজবা পরেং অমতংফাও ইদ্রি। তেক্লবা খুৎনা তনিক তনিক্লি ।

নোংমা ঐনা ছাত্র ওইরিঙেদা। লাইরিক পাদুনা লৈরিঙেদা তপ্না শিংপা নুংশিংকী ইপোম্না ইশাদা ঙাথু থেংথুরকই। খঙহৌদনা তপ্না উরকই মালেমসিগী অশেংবা মশক অমা ঐগী মচুশিনা শংজিন্দ্রবা। তাইবং চৈনা উন্নংদ্রিবী ইনখৎলক্লিবী লৈশাবীগুম। ঐনা শিরুবা মিৎকুপ্নি। নোংমদুতনি ঐনা উখিবা। অমুক হন্না উখিদ্রে। নোংমা নোংমগী উশিল্লক্ত্রবা মিৎসিনা অমুক উগনিসু থাজদ্রে। লমদমদুদা হন্দুনা চৎনিংলি। অতেকপা খোংনদি চক্রি থাংলি। নুংশিবা শৈহেক্তো তানিংলি পংশিল্লক্লবা নাকোংসিনা। হিংলি হায়বদা মঙায়রে ঐসে। হিংলি হায়বদা মঙায়রে ।

শ্বর হোন্দুনা।

শ্বর হোনবসিনা হিংবা কৌরদি। ঐ হিংলি। লীলা লোইবগী য়ুখল থাদরক্ত্রি। পোকপদগী হৌখিবা লীলাসিগী।

ঐগী প্রার্থনানি। ব্রাহে মঙা তরাদংনি। আ পোকপগী মমাং আ শিবগী মতুং ফাওনবা ঙম্বা লোন-নি। অহিংবগা অশিবগা মরুপ-মপাং ওইবৈ লোন-নি। মাইয়োকনবা ঙম্বে ব্রাহেনি। অদুবু লাইরবা ঐগী ব্রাহে লৈতে। লোন থোক্তে ঐ । অদুনা উপাই করিদি লৈ, করিদি লৈ। করি কৎকনি ঐ করি কৎকনি। করিনা তর্পন কৎকনি। করি হায়না কৎকনি।

অচুম্বা ব্রাহে অমতং। ফজবৈ মশেক অমতং। মালেমসিদৈ হেন্না লূম্নবা।

ওঁ আব্রহ্ম ভুবনাল্লোকা দেবর্ষি পিতৃমানবাঃ।

তৃপ্যন্ত পিতরঃ সর্ব্বে মাতৃমাতামহাদয়ঃ।

অতীত কুল কোটিনাং সপ্তদ্বীপ নিবাসিনাম।

ময়াদত্তেন তোয়েন তৃপ্যন্ত ভুবনত্রয়ম।

---

# এসিয়াগী মঙ

মমাংঙৈদদি অচৌবা লৈকাইসি মী য়াম্নমদে হায়নৈ। অমগা অমগা ইখং খংনরম্মী। পূম্নমক অমত্তনি। মিঙৌ ফজনরম্মী। চহি খরা হনবা ইথক্কী অহন্দা 'তাদা', ইপাগী মমান্নবদা 'পাজি'— ইপাদা কৌবগুম। ঐগী ইতাওগী মপাদি ঐগীসু ইপানি; ঐখোয় মরুপ-মপাং ময়ামগীসুনি। অমগা অমগা য়াম্না নক্লে।

অয়ুক অমা লৈকাইদুদা হনুবী অমা কদোমদগীনো লাকই। চৈশু শুদুনা লাকই। হনুবীদো হনুমন্দুনা মখ্বাং কোল্লে। অহল ওইরগা মখোং অহুম পাল্লি হায়নবদুগী শং-শংবা মূর্ত্তিনি। লৈকাইসিগী শান্নবুং মনাক্তা খরা হাংবা মফম অমা লৈ। লম্লেম্নি। কনানা করিসু তৌনদবা অহাংবা মফম্নি। হনুবীদো মফমদুদা কোক লেপথোকখ্রে। কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই— মফমসি হুইরেমগী ইংখোলনি। ঐগী ইপা-ইপুগী খোইরি লিনশাং তাফম্নি। ঐ হল্লক্লবনি। ঐসু মফমসিদা শিবা তাই।

অঙকপা রাফমদু ঐখোয় অঙাং ময়াম শান্নরম্বদগী তাই। অদুদে পাওদু পুদুনা লৈকাইগী অহল

অমদা তাক্লুই। থিন্দে পাওদু লম্মৈগুম শন্দোকখি। থিন্দে শান্নবুংদু মীনা ফিঙৌ ফৌরে। শান্নবুংগী নাকলদা হৌবা সনাখোংনাং পাম্বী মখোংদা লেপ্তুনা লৈকাইসিগী খ্বাইদগী চহি য়াম্লবা ইপু চাউবনা ব্বারেপ লৌই। মফমদু লৈকাইগী থৌদোক মচা মচা থোকপা খন্নফম্নি। মফমদুদা লৈকাইগী অহল-লমন তিল্লগা খন্নে, নৈনৈ, ব্বারেপ লৌই। মদুনা লোইরে। কনাসু করিসু হায়নদে। য়াদবা লৈতে। লৈকাইসিগী ব্বাথোক লৈকাইসিনা বিচার অদুম তৌই, ব্বায়েনশং লিংবগী মথৌ লৈতে। লম হেনবা মী ফাদুনা জেলদা থম্নবগী জেল লিংবগী কান্নবা করিনো— মীবু শায়োকশংদা য়োকপা শাগুম ফাদুনা থম্বা ফব্রা? ইপু চাউবনা লাওথোকই। ফৈ, লৈজসনু। ইমা মানবী হনুবী অমনা লৈকাইসিদা লাক্তুনা লৈরনি লাক্লবদা করিগী য়াদে হায়গনি। লৈজসনু মানা লৈনিংলিখৈ লৈজসনু। লৈনবা য়ুম মচা অমদুম শাবিসি।

চাকচা মাংদা য়ুম মচা অমা শাবা লোই। ঙাইহাক্তংনি ময়াম চংদুনা। কনানা ব্বা পুরকই। কনানা ই পুরকই। অমনা পয়া পুরকই। অমনমুক উখুল তৌখৎলকই। হুইরেম ইবেন হায়দুনা ময়াম্না খঙনখ্রে। খুন্নুং ইশৈ শকপা হৈ। লৈকাইদুদা মথেল অমা ওইররে।

লৈকাইসিদা লৈতবা পোৎ অমত্তা লৈতে। লোইনা লৈ। তুরেল মচা অমসু লৈকাই ময়াই ফাওদুনা চেল্লি—চহি চুপ্পা ঈশিং কংদে। য়ুম খুদিংগী পুখ্রি মচা অমমম লৈ। থরো থম্বাল হৌই। খোইমুনবু ইল্লি খোইরাবা। লৈকাইসিগী লৌ পরি ২০০ লৈ। চাবা লেমপানা কোন্নে। লৈকাইগী উয়োক লৈ—শিং অকংবা কোকথোং কোকথোং চল্লুদুনা শিং থানৈ, চাক থোংনৈ। চীং মচা অমসু লৈ—উয়োক লৈরিবদু চীংখোংদুদনি। চীংদুদা ই হৌই। ই ফান্দুনা চহি খুদিংগী য়ুমথক শিন্দোক্লে। চাউরবা ইঙ্খোল-শংবল নান্না নান্না লৈনৈ। মোরোক, মরোই, শিং, য়াইঙং লোইনা থানৈ। চান-থক্লবা অমত্তা ব্লাত্তে। খুনগী শঞ্জাবুং লৈ—শা-ষন লোইনৈ। হৈ-রা হৌই—হৈনৌ, থৈবোং, পুংদোল মখল মখলনি। লৈকাইগী চীং মচাদদি হৈরিৎসু হৌই। লমহুই লৈ। কৈসু লৈ। শজিসু লৈ, কৈশালফাও লৈ হায়। লৈকাইসিদা অমত্তা ব্লাত্তে। চানবগী থক্লবগী হিংনবগী অমত্তা ব্লাত্তে। অব্লাৎপা অমতং হায়বা তারগদি লৈকাইসিদা মী ফত্তবা লৈতে।

চহি খরগী মতুংদা।

লৈকাইদো হৌজিক্তি মীনা চিক্ল-চাইনা ঙমদ্রে। অহল অমনা ব্লাজে—করিনো মীনা চেংগুম শৌবগুম

শৌগৎলক্লে। মীগী ঈপাক পাকথোরক্লে। অহানবদা থাজনা নোংম নোংমগী নিংথিজবা হেনগৎলকপগুম হেনগৎলম্বনি। হৌজিক্তি খারক্লে। অঙাংনা মিৎতা চংলে—অহল অমনা লাওজে। মী য়ামন্দুনা খারে। মীকি লাইকিদবা লংফেদা চৎলগা পৈশা তাল্লুবা য়াওনরক্লে। হল্লকপদা লোন তিন্নদবা, চাকচা-য়ুথক মান্নদবা লংফে নিংঙোল পুদুনা লাকনরক্লে। চীংদা থবক শুবা চৎখিবা কাংবুসু চীংমী নিংঙোল পুরক্কুনা লৈকাইসিগী মৌ ওইনরক্লে। লৈকাইসিগী নিংঙোলসু মপাম লমদম থাদোক্কুনা অথাপ্পদা ময়ুম পানখিবা কোঙ্গায়নি। অদুবু অনি হেংগৎ অমা তাথ, মরি হেনগৎ অনি তাথ—মীগী ঈপাক্লা লৈরায় পাথোরক্লে। মীগা মীগা ইরাপ লাপথোকনরক্লে। মিং কৌনবগী মতম লোইখ্রে। ঙক ইন্নরগা তোকনরক্লে। মীরোলগা ইরোলগা ইতোৎ তোৎশিন্নরক্লে। হান্না নারমদবা লাইনাগাসু য়াম্না নানরক্লে। চাওখৎপগী অয়ুক্তা নুমিৎ থোক্লকলে।

সনাখোংনাং মখোংদা লৈকাইগী অহলশিং ব্রাতান্নে। খন্নে। কুপ্না নৈনৈ। ব্রারেপ তাই। মীগী ঈপাকসি পাকমনখ্রে। মমাং লৈকাই থম্বাল শাৎত্রে। চাকথুং-ফিথুংদবা লাইর-চুদৎনবা লাইনা-তিন্নাদগী কনবা তাই। মসি থিংবা তাই। করিনা থিংবা তাই—য়ুম্বানবা মতৈ-মনাও পূন্নমক মচা অমদগী হেন্দবা তাই।

নুপাবু ওইরে নুপীবু ওইরে। সুপ্নগী অমদগী হেন্দবা তাই।

লাইবাও অসি লৈকাইদুদা শন্দোকখ্রে। লম্মৈগুম শন্দোকখ্রে। লাইনা হায়বনি। ঐনা হায়বা নত্তে। নবেম্মগী য়াথংনি। নহা অহল খাইদে। করি অমুক হায়নি অহিংগী থোংনাওদফাও লাওশিনখ্রে।

চহি খরগী মতুংদা।

লৈকাইসিগী অনৌবা অঙাংশিংগী মীরোলনা থায়নগী ব্লারী-শিংবুল অমত্তা খংবা ঙমদনা ঙক্কুনা তাই। মমাংঙৈগী ব্লারীদদি মচিন-মনাও মচন-মচে য়াওই। মখোয়গীদি লৈতে। মথন মথন্দনি। অদুনা ঙকই। তাদা লৈতবা চনচনবী য়াওদবা পুন্সিনি মখোয়গীদি। মমাং লৈকাই ওন্থোকপা লৈকাইনি। অমত্তা পোকপা মচা শিখিবদগী আশা মাংখ্রবা মপা-মমা ময়াম অমা নোংমা নোংমগী মশিং হেনগৎলকই। লৈকাইগী শান্নবুংগী নাকল অমদা মখোয়গী ক্লবকি শং মচা অমা শাগৎখ্রে। ব্লা তান্নবা হৌখ্রে। নাকল অমরোমদনা অতোপ্পা ক্লবকি শংলেন অমসু শাগৎলকই—মপা মমা ঙন্না শিখ্রবা অঙাং ময়াম অমগী। পুংকক চাউরগা শিখিবগীদি খরা মফে—চহি মঙা মপুং ফাদ্রিঙৈদা মপা-মমা শিখিবা অঙাং ময়ামসিদি কনানো অমনা

শেন্নবিদ্রবদি কমদৌনি। অদুদা অমমমতা পোক্লবনিনা মাম্মা লৈতে খুরা থোরক্কে। ইপল অমত্তসু ঐ লৈরি হায়দুনা চোংথোরক্কে।

চহি খরগী মতুংদা।

---

# তাদৈ নুপী ফিঙাং ইনবী

'কৈনো কাপমুক শাংবা ঙাসিদবু। হেক্তা হায়রেদা। মশাগা মমলগা চান্নজদবা। মমলনা লম-মুক শাংলদনা।'

'কনাই কাপনো। থগাইদৈ খজিক্তনি তারিবা। লম-মুক শাংবা মৈতৈ শরেংদি কদাইদৈ ফংগদগে।'

মৈতৈদি ঙা লৈবা-য়োনবদা সের ফালা শিজিন্নদুনা অরুম-অয়াং ওন্দুনা লৈবা-য়োনবা চৎনবা কুইদ্রি। উচান মৈরিরক্তা তেরশিং অঙাংবগী পোদোল তেঙ্গালি লৈচিল্লক্তা পোৎ য়োন্নরম্মী পোৎ লৈনরম্মী। হাউনা হাউনা চান্নরম্মী। নুংঙাই-য়াইফনা পান্নরম্মী। খরা লৈরদি হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা থায়নদি অসুম তৌনরম্মী ৱারীনরকখিনি। ৱারীসে, সনা কৈথেলগী ৱারীসে, মতমদুগী ৱারী ওইহৌরসনু। তিনগী লুবাক মমায়দা অয়োন-ঙা ঈশিং খিক-খিক্তুনা শিৎ শিৎ নান্দুনা য়োন্নরম্মী। খরা তন্দবা নুপা নহানা মশাইগুপ

ফাক্তোক্লুনা ঙা মশা তেকপ্রা য়েংনরম্মী। মম্বাইদনি ঙায়োনবীনা ঙা মশাইগুপ্তা কবোরৈকা তৈ হায়নরিবসি।

'হোয়নে শাংবা শাংদবদো। মমলগী রানি নৌপ্পানা হঙ্গৎচরিবসে। শ্রীমতি ইচেবেম্মা। কয়া শোল্লগা কয়া লৌদৌরিবনো।'

'হো ইনাও ইবুংঙো শকহেনবা। অদুক হায়য়ুদনা নংসু। ঐসু য়োল্লগেনা মমলগা অমত্তা শোঞ্জন্দ্রবনি। মৈতৈ শরেংদা অসুক ফজবসিদি কৈথেলদা পাক উররোই। নং তাদৈ নতৈমা ঐখোয় মঙায়রে উগেনা উরদা।'

'ঐদি চারুনবনি। অশোনবনা কয়ানো অশেংবনা কয়ানো! খরা ফজনা হায়রো। য়েংবা য়াবমখৈ য়েংলো। চারুরগেনা হায়রবনি।'

'ঐসুনি য়োল্লগেনা শোন্দ্রবনি। অদু নংসু অমুক্তদি হুল্লুদনা। কয়া পিনিংগে হায়য়ুদনা।'

নাকলগী কৌতাদগী ঈশিং খিক্লুনা শরেংদু শৎ শৎ নান্থে। মথক-মখা ওন্থোকই। মমল কাওখৎহল্লি। চহি লৈশিল্লক্লবী কনানা খোয়রুম মোমোন তৌদুনা পুন্সিগী নাকেন্থাদে লাপথোকনবা হোৎনদবা য়াওবগে

পুন্সিগী শেন্নহৌদ্রবা মিৎকুপ কয়াদা। শিববু তরাম তরাম হেক মওক্কদ্রদো।

> 'ইচে থরো। চাম্মা চৎপিসিদা অচোইবা পিরকউসে।'

ঙায়োনবীদো থরো কৌমান্নে। ওইথংবা ঙায়োনবীদুনা চাম্মা চৎপী অমা পুথোরক্কুনা মখুৎ তিংথোরকই।

> 'ঐবু য়াওরিদ্রা কৈনো। ঙসিগী পোৎকা অমত্তা নিংথি-নুংঙাইনা য়োন্দ্রি।'

শেঙ্গাওদগী অচোইবা লৌথোক্কুনা পিখি। সিনি সনাকৈথেল। মীনা চিক্ল-চাইনা ঙম্নদে। অরৈবগা অয়োনবগা থৌরী চিংনৈ, মনতিক্লে। পোৎ লৈবা হৈর-হৈরবসু মরাকই । হিংবা হৈর-হৈরবসু ময়াওরি। পোৎপ লৈগদ্রা পোৎয়োনবীবু য়েংগদ্রা। ইতৈমগী ঙাসিদি হাউরনিদা। তিনবু চুমই। ওনথোক্লা ফজখ্রেদা। ইতৈমনা মরোল অমা। নাকলগী ঙায়োনবী ময়াম্না য়ৌ য়ৌ খুম্মী। লৈদনকো লৈদদি। য়েংউ লৈয়ু ইপ্পাসিদি। কুরাউ মখোংগী থরো হায়দুনা শেগাক কাইনা মমিং চৎলম্মীবনি মতম অমদা। অদো য়ুমগী ইনাওনুপীনকাদি চিক্লোইকো। নহালদো বাসীখোংগী সনাইবেম্মদু

থেংনরম্মীনেহে। সনাইবেম্মদু হনুরেদো। নুংশিখ্রেদা। ওল্বোকনা ফজরমখ্রবনিদকো। মতম হায়সি নুংশিদা। ফজবকাসি লৈমন চন্থরকইনেহে নোইবো।

*'নংগী ঙাসিবু নীংথিনা য়েংলক্কবা। মশা য়াম্না শোক্লেবো।'*

*'কয়াম শোক্লগেনে। খরা হোংবদুদা হেক্তা লৈরক্লবনি। অহোংবা থিরিঙৈদা চাবা য়াররোইদ্রা, হাউররোইদ্রা। ঙায়োনবীদুনা মরোল অমা। ঙাংবগা শকপগা। মশক্কা মখুৎকা মপা হেন্দোকপা ঙমদবা।'*

*'হো ঙা লৈগদবদো অদুতা অদুম মরৈয়ু। ঙায়োনবী য়েংলগা লৈবা ঙানবু কয়াম য়ুগোৎ চাগদগে। সিগুম্বা ঙাসিবু য়োল্লিবা মাইনানবীদো। মা হেক থোংহল্লগা খঙগদবনি।'*

*'ঙন্না খৎনবা হৌরক্কনুকো। দিন্না দিন হাউতবনে। লৈরক্লিবসে শরেংনি শরেং। ঙানি ঙা। হাউনা থোংউ চামিন্নসি হায়বনি। ঐবু পৈশা অচোইবদু কদায়দা হাপখ্রবনো।'*

*'নং অমা য়াম্না তৌজগনবা। নহালসু পেরুক য়োনবী হনুবী ইমা মাল্লি হায়দুনা চিকপা ঙমদ্রবা পেরুক য়াম্মেমখৈ লৈশিল্লকই। কান্নদবদা।'*

'য়াদ্রে নংগীসে। অরৈবগীসু খরা ময়েংঙ কৈদৌগে।'

'হো ইবুংঙো অরৈবগী য়েংলিঙৈদা ঙায়োনবী ঐখোয়দি কমদৌবা। অয়োনবীগীদুম খরা খল্লৌ। লুপা য়াঙ্খৈদনি ঐগী শেন্দোং। শেল্লেপ মাংনদি য়োনগদ্রদো ঐসু।'

'য়াদ য়াদ্রে নংগীসে। অদো য়াদ্রদি লৈদা তাররা। '

'কমদি তৌনি ইনাওবুংঙো শকহেনবা। অশেংবদা হায়জরবনি। অহোংবা থিরিঙৈদা অফানবা ফংজনি। লৈবা লৈদবদি নরাৎচানি।'

'কদোমদগীনো অসুক চিনখ্রবসিদা কৈথেল কাওসিনা ফুৎ ফাওজিল্লকইসিনা । মসিমসু অঙকপনি। ফুই নাদে। চৈ নাচুংদে। নুপা মাইথাবা। ঐখোয় ময়ামসিবু ষন হাতম ওইনা

উরজাৎলা কৈনো। তস। বিরি য়াওরিবরা ইচে থরো।'

'হো ইবুংঙো হল্লগেরা। শোন শোন্দুনা চৎলগেরা। মুরুম মুরুম শোন্দুনা শিরগেরা। নোং ফাদোকসু মরৈথোকউ। নুপানবু অদুক তুকা থিবরা। অরৈবসু অরৈবনি অয়োনবসু অয়োনবনি হায়দুনা হনখিবদা খুদি থিনিকো। বিরিসিদি অমত্তবু ঙাইরমাল্লেনহে। মৈ চমখৎলকউসে। নোংফাদোকসু থক্তোকসি। পোৎন পোৎ শিত্তবসিদা। মৈখু থক্তুনা হাউনদুম ফমদোক্কে। শিৎল শিৎ শিত্র শিত্র। নোংম নোংমগী থোকঅ থোকঅবা। ঐগী মৈখেত্তো কদাইদা থমখ্রনো খঙদ্রে।'

---

# শকয়েং মিংশেল

থাজসিরা সিবু শকয়েং মিংশেলসিদা ঐ-নত্তবা ঐ অমা ঐনা উই। ঐ-নত্তবা ঐ অমা ঐনা উই। ঐ-নত্তবা ঐ অমা ঐনা। ঐ-নত্তবা ঐ অমা। ঐ-নত্তবা ঐ। ঐ-নত্তবা।

কনানো অমা উই। ঐদি নত্তে। খল্লুদে ঐগী মিরেলগা ঐগী শকফমগা অসুক ফাক লৈননি হায়বসি। অসুক কুইবসি নোংমত্তসু খনবু খন্থরুদে। অশেংবগা মমিগগী মরক্তা লৈকংলা অমা লৈগনি চীংজাও অমনা থৎকনি হায়বসি কনানা থাজরুগদগে। অদুবু উরেদনা। উরবনিনা থাজরেদনা। ঙকই। ঐ-নত্তবা ঐ অমা ঐনা উই। ঐ-নত্তবা ঐ অমা ঐনা। ঐ-নত্তবা ঐ অমা। ঐ-নত্তবা ঐ। ঐ-নত্তবা।

মতম অমদা। ঐগী পুস্সিগী নোংপোক্তা। ঐগী পুস্সিগী নুমিৎয়ুংবদা। ঐ-নহানা ঐ-অঙাংগী মমাংদা ইকাইখি। ঙসিনা। ঐগী পুস্সিগী নোংচুপ্তা। ঙসি ঙসি তৌরি কৈদাসিদদি ঐ-অহলসু ঐ-নহাগী মমাংদা ইকাইনি। লেপ্পা ঙম্লোই। ইকাইবনা চংশি শিনি।

নোংমা অহিং নোংয়াইদা। লাপ্পা তাই য়েনখোং কাইনা কে-ক্রে-কে খোংলকপা। কাংশি মখোলসু তাই তাউবা হুইগী লাক্না লাক্না খোংবা মখোলগা ইরোইননা। থাশিগী অহিং নোংয়াইদা। ফমাংদা লেপ্তুনা ঐ ঙক্না য়েংই ফমুংদা অশিবগুম তুম্লিবা ইশাবু। কনানা থাজগদগে সিবু। তমথোকপদা ফাগী মান্দ্রা। অদুবু রাশক্তুনা হায়রিবসিনি ফাগীদি নত্তে।

চুবাদা কাপখৎলক্লিবা পোক তাৎ নত্তে। ইমাংদা উরিসিনি। তাংশিল্লক্লিবা চিরাই চহিতনা নত্তে। চহিতনা পিরকপা খুদোল নত্তে। মরোল লোনবা মিরেলনি।

কৈনোমদি ইরাৎ রাৎলেদা। মহাও অমা ইরাৎ রাৎলে য়াইবা মুন্দবা চাক্কুম। তাংখ্রবা, ফজখ্রবা মশক অমদি পুন্সিসিদৈ মাংখ্রে, মাংখ্রে। শকয়েং মিংশেলসিদা তারিবসি ঐগী অশেংবা ইমি নত্তে। মানা হংলি, 'নংসিবু নংলা?' কৈনো সিদি ঐবু ঐরা হংলি। ঐবু ঐরা হংলি। ঐবু ঐরা। ঐবু।

কদাইদনো নংবু? ডাক্তর অভ ফিলোসোফিগী ঐগী লোইশিনখিদ্রবা থেসিস। ইহে মপুং ফানা তমহৌদ্রেদকো। কনাগুম্বী অমত্তদসু নুংশি শোলহৌদ্রেদকো। নুংশামপী হোন্দুনা অসুম হিংবা তাই।

তাংদাংবা ইয়ুম অমা ইরৈ লৈতনা। নোংপোক্কী নোংপোক্তা। নোংচুপকী নোংচুপ্তা। অমম্বা অহিংদা। মফম মতমগী ৱাংমদা। পৃথিবী কয়াদা কোয়চৎ চত্তুনা। কদাইদনো নংবু?

---

# মখাদি ব্বারু হুমদাংনা লিহৌরসনু

'Where youth grows pale, and spectre-thin, and dies.'

-John Keats

নুপানি নুপানি মপোপ মতাং ফখ্রে। পোকপদা ঙাইরিঙৈদবু মী হেক মানবমখৈ ফজে। অসুম্না কয়া কয়ানি হায়নখিবা। মৈনিং কুম্লিবী মমানা খোয়রুম মোমোম্নজখি। মা পোকপদা য়াম্না হরাওনখি।

মসিনা ব্বারীসিগী মঙ্গলাচরন ওইবা য়াগদ্রা খঙদে। ঐঙোন্দদি মাই ব্বারীসি য়াম্না নুংশি। অর্থ লৈ। ঐঙোন্দা নুঙাইরিবসিমুক মীঙোন্দসু নুংঙাইহন্নিংই। সিননি ঐনা মাই ব্বারীসি লিরিবা। ঐগী মরুপ অমদসু নোংমা ঐনা লিরুই। মরুপতুনা ইতিং তিংনা হায়রকখি,'হুম, সিবু ব্বারীরা? করিনো নংনা লিরিসিবু? সিদি ব্বারী নত্তে। করিমত্তা য়াওদে। পুমহাং হাংই।' হোই। ঐসু মাই ব্বারীসিগী হৌফম অমা পোলোই অমা ইখং খংদে। ইশম শম্নদবদৌনা তৌই। অদুদি ব্বারী পূম্নমক হৌফম অমা লোইফম অমা লৈগদ্রা? মাই ব্বারীসে মা পোক্তিঙৈ আ মমাংদগী হৌখ্রে হায়না লৌবদা কয়াম কায়বগে? আ মনুং মনুংদদি অহৌবা

অরোইবা নাইবা ইচেল অমা চেল্লম্বসু য়াই; মপাঙ্খোংসিদদি মফম মরাং খংদে। মমৈ মকোক শম্নদে।

খঙদবা ময়াম অমা নাথৈরম্লগা তশেংনা খঙবা মিৎকুপ অমদৈ হৌবনা ফগদ্রা খন্দুননি য়ারীসি মানা পোকপদৈ হৌরিসি। পোকপা হায়বসিমদি শোইদ্রবনি। তৌববুদি শিবসুনি।

মমাগী মণিদো পোকপদা য়াম্না হরাওনখি। মমিংসু মণি কৌই।

খঙহৌদে মণিদো কাংদোং ফাখিবা। ঙরাংতা ঙাইরিবোই নিংই পোকখিবা। খাও য়ান্দুনা স্কুল কাবা থোবক্কপদো ঙসিসু মিৎতা শং শং উরি। মখোন ওল্লকখিবা খঙহৌদে। মাই য়েঙ্গিংথাদো খরা ঙন্তক য়ৌরকখিবা মাল্লে। শেৎথোক চাথোরকপদা ওন্থোক্লা পকচৈ। লূম্না থাংবা খোংথাং—নুপাদা নুপানি।

নোংমা মানা মাগা লাইরিক তম্মিন্নবী কনাগুম্বী অমৈ মতাংদা করি করিনো ঐঙোন্দা হায়বনি। ঐনা য়ারক্তা উম উম হায়দুনা হোয়-মায়কা হায়দনা তাদি তাদনা অদুম তাবনি। ঐ করিনো অমা কন্না তৌদুনা লৈরিবা তাঞ্জানি। অদুননি। করি হায়খিবনো হায়দুদি ঐ

খঙহৌদ্রে। ইস,ওন্থোক্লা নিংঙমহৌদ্রেদকো। ৱাফমসিবুদি মা লৈখিদ্রবা মতুংসিদা কাইনথংদা নীংশিংলকপনি।

ঙসিতা খল্লকই ইরাই লাইথোক্লা। কৈসু লৈতবা ৱাফম্নি। য়েন্নিংথা তাজিন্দুদা মণিদো নুপী ময়ামসিগী মরক্তে অমখক, মাগা লাইরিক তম্মিন্নবা কনাগুম্বী অমৈ মরমদা ঐঙোন্দা সুম হায়বজাৎনি। ৱারী শাজবজাৎনি। ওন্থোকপা হায়দুনিকো ঐসু করি হায়রিবনো কনানো হায়ফাও হেক খঙহৌদে।

ইস নিংঙমহৌদেদা। কনানা খঙনি তেল্লবা মিৎকুপ্তো শাংলবা, অমর ওইহৌগদবা ইনাওদুগী পুন্সিগী মিৎকুপ ওইহৌবসু ময়ারিবনি।

চহি অনিমুক ঐ য়ুম থাদোক্লুই। ঐনা হল্লকপদদি মণিদো, ইরৈকাইগী ইনাওদো শকফম কায়রম্লে। মমি ইশাম শামই । য়েংবদা খিংদে। অপূ-নবা অমনা পুদুনা চৎপা মাল্লি! মীকৌ-মীরম ফজরম্বদু পুরা মাংখ্রে। সাধারন মীয়ামদগী খরা তোংঙান্না উরে। অঙাওবমক্তি মান্দে।

নোংমা নুংথিল অমা মা শিদুনা লৈরম্লে হায়না ৱা-ৱা লাউনরকই। কনাসু করিসু খঙহৌদে। মথন্তা শিজদুনা লৈরম্মী।

ঙসি চহি কয়াগী মতুংসিদা মাই ৱারীসি নীংশিংদুনা লিরিসিনি। য়াম্না নুংশিবা ৱারীনি। তৌবদবু মঙ্গালাচরন্দা ঐনা হায়জবদুনি ৱারীসিগী হৌফম ৱারীসিগী পোলোই মফম মরাং খঙদে। য়াম্না নুংশিবা ৱারীদি ৱারীনি। করম হায়না করিগী নুংশিরিনোইসু খঙদে। নুংদি য়াম্না নুংশি। শেংনা হায়রবদা ৱারীসি হৌফম খঙদ্রি। লোইফমসু খঙদ্রি। অদুনা নুংশিরবা, ঐগী নুংশিরবা ৱারীসি লোইদ্রি হায়বা তাই।

---

# শাৎলকখিগদ্রা কোম্বীরৈ

পরিক্ষা ময়াগী পূক্লিং হকচাং চি থুংনরকপা মতাংনি। লাইব্রেরীদা কুইনা লাইরিক পারুবদৈ মিৎ-নাসি ঙাইহাক্তা ইংথহনগে থোক্লকপদা নলিনী থেংনৈ। তাঞ্জা চারুবনি। মাসু ৱারদুনা ঙাইহাক শ্বর হোন্দোকপা থোরকপা মাল্লি। চোকথনা উই। অৱাবৈ মমি তাই। কোফি থকউসি হায়না য়ুনির্ভসিটি কেফিতিরিয়াদা চৎলি। হিংবসি লমজেলমক্তি নত্তে। পোৎথা-পোৎথা হিংদ্রদি কয়া ওইনমগদবা মান্দে।

নুমিত্তুদি চিন্দুনতা লৈবা, নিলদুনতা লৈবা কেফিতিরিয়াদু কয়া চিনলমদে। কয়া নিল্লমদে। পার-পারগা হেন্না পানিংঙাই য়াম্লকপা লূম্না নম্হুরক্লিবা পরিক্ষাগী পোৎলুমসিনা ছাত্র ছাত্রী মরুপ-মপাংশিংদা ফনা কন্না চৈথেং পিবজাৎনি। লাইরিক ইপা পানিংদবা মানবা লাংদুনতা লৈবা ময়াম অমসু মতাংসিদা ইথি খিগৎনখিদ্রে।

'কোফি থকসি লাকপনি। সিখক্তনা সুম য়ারদ্রা।' ঐনা হায়।

'য়াহল্লসি। কোফি থকমিন্নরুসি হায়নরক্লগা।' নলিনীনা খুম্মী।

'খরা ময়াক লৈবা ব্লেক কোফি থকসি। অদু করিনো খরা য়াংবা অমতংগা চাসিদনা। অমত্তং হায়য়ু।'

'নং খল্লু। ঐদি ইয়া য়াই নংনা হায়বদু।'

ওর্দর পিখ্রে। ব্বারী শান্নে। অমগী অমগী। অপান্নবা অমগী নত্তে।

'লাইরিক তম্বসি পরিক্ষাগী য়ার্দস্তিকসিনা ওনবসিনা ওন্থোকনা ব্বাহনখ্রে। মসি চুমসু চুমদজাথনি। সি নত্তবা মওং অমনা তৌরদি ফগদবা। তৌবদি ঐগীসিসু চুম্না সুম হায়রিবা হায়দুনি। সি নত্তবা করি লৈগেসু খঙদে। খনসু খন্থরুদ্রি। ব্বামনবসিদা পংঙাং ঙাংলিবনি।'

'নংদি খরবু ফরি। প্রেভিয়সতসু ফজনা ফংদুনা লৈরবনি। ঐনি ফরক তারিদি। ঐদি তশেংনা ব্বারে হন্দক্কি মতাংসিদি। এক্সক্যুজ থিববুদি নত্রসু থা অমমুকসু পুরা পাহৌদ্রবনি ঐনা নাবা হোসপিতালাইজ তৌরুবদুদা।'

'চুম্মীনে ঐদি হংবসু লাকহৌদ্রে।'

'কাইদেদা। অমরোমদা ফনবু ফরপোৎনি। হয়েং মার্ক য়াম্না ফংদ্রগা খুম্নবা। এক্সক্যুজ ঐনা থিরুবা নত্তে। অনাবনা এক্সক্যুজগী শক্তমদা মখোং থোংনা মশানা লাকচবনি হায় তারেদনা।'

নলিনী মোমোন্নখি। ঙসাই পকখিবা অরাবৈ মমিদো মাংখিবোই নিংই।

'মোনিদি হংবা লাকখিব্রা?'

কুমারী নলিনী দেবীখোয়গী দিপার্টমেন্টগী মনিন্দ্রবুনি। শ্রীলশ্রীযুক্তা লাইশ্রম মনিন্দ্র সিংহ সাং কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা লৈববু ঐখোয় মরুপ-মপাংশিংনা মোনি হায়না শম্না কৌনৈ। ঐদি মবানীগা দিসিপ্লিন পুন্দে। মরুপ-মপাংগী সার্কলদবুদি পুল্লসু।

'লাকখি। করিগীনো।'

'চুম্না হংবনি কৈদৌগে। হংবা য়াদ্রা।'

'য়াই। হংবদা কৈসু কায়দে।'

নলিনীদো শকফম হঞ্জিনখিবা মাল্লি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈনৈ। কোফি থকই। অচাপোৎ চামিন্নে।

'নংদি ইচা চাদে। চাশিল্লুবা। নশা ফনবা। নংসি নয়াং কংমল্লি। অচোই-অপাদি য়াম্না চাগনবদাইনে। ঙসিদি কৈদৌরে। ঐগা চামিন্নবসিদা চানিংদ্রব্রা? য়ারোই। খরা য়াম্না চাও, শ্যাম।'

শ্যামকুমার ঐগী ইমিংনি। মরুপ-মপাংশিংনদি শাংনা শাংনা কৌই। নলিনীনদি ঐবু মিং শাংনা কৌদে। শম্না শ্যামদমক কৌই। কৌরকপদদি করিনো য়াম্না খোয়থুম্নবা খোঞ্জেল অমা য়াওরি। আ থম্মোয় মনুংদৈ থোরকপগুম। মাই মচিন্দে তাবদা ঐগী মিংসে য়াম্না রাশি লৈ। থুমই।

'চারিসিদি। নংদুম চাও। পরিক্ষাগী কা হেন্না খঞ্জিল্লনুদা। ঐ খঙই নং বেকগ্রাউন্দ লৈবা মীনি। সাহিত্য হায়বসি তশেংবদি ক্লাসরুমদা তম্বদা, ক্রিতিক ময়ামসিনা নৈখায়বদা পূম্মাং মাংলবনি। কনানা হৌদোকখিবনো খঙদে মসিবু দিসিপ্লিন অভ ষ্টদি অমা ওইনা তমহনখিবসিবু। সাহিত্যগী তেস্ত লৈবা, ইনক্লিনেসন লৈবা নত্তবদদি মসি পরিক্ষাগীদমক তম্বা পরিক্ষাগী পাদমদা ওনবসি সাহিত্য হাৎতোকপনি। সাহিত্যদি সাহিত্যনি। লিতরেচর ফোর দি

কমন পিপল কায়না মুবমেন্তকা লাক্কদৌ মান্দে।'

'শ্যাম নংগী হৌনবীদু তৌরক্লব্রা? তাবদি নুংঙাই। মতুম মতুম। ঐখোয়গী পোইত্রিগী প্রোফেসরদুম মাল্লি। নংসি সত্য লাইরিক ইগদবা মীনি।'

'খরা খরা খোৎলি। ফোঙদি অমত্তা ফোঙদে। ফোঙনিংদ্রি। থনুংদা লৈবা শৈরেংনা হেন্না ময়েক শেংই। ফিনুংগী অশেংবা তিঙ্গাংকোকসিদি মফি শেৎলবদি মশক থি। য়েংনিংদে। কেরবদি অশেংবা মশক মাংই। অশেংবদু অশেংবা ওইরক্তে। অকামপেৎ মাল্লি। হায়বদি সমাজ অমা লৈ। লেংলি পাল্লিবা মীয়াম অমা লৈ। কবিতা ইবখক্তনা কবি নত্তে। কবিতা ইথোক্তবা কবিতা ফোঙদোক্তবা কবি ময়াম অমা লৈ। ঙাইখো নংসু খরা খরা ইবদাইনে। মোনি-নদি য়াম্না থাগৎলি।'

'নংগীসি শৈরেংদগী ৱারেংলোমদা চংশিল্লকপ্রা কৈনোমা তৌরে। মোনি-না নংঙোন্দা ঐগী ৱা য়াম্না হায়ব্রা? করি করি হায়। লাইরিক্কী নত্তবা।

পরিক্ষাগী নত্তবা। ঙসাইস্যু নং ঐগী অনাবা হংবা লাকখিব্রা হংখি।'

'হায়সু হায়। হায়সু হায়দে। সি হায় য়াব্রা। অদুবু নংনসু খঙই ঐনসু খঙই। ঐখোয় মরুপ-মপাংশিংনসু খঙই। মোনিনা নংবু নিংজৈ।'

'হোয় চুম্মী। মার্ক য়াম্না পিনিংবা পাওখুমদি নত্তে। অদো মীনা খনবা মীনা ঙাংনবসিনদি ওইবা য়াদে। ঐগীসু পুন্সি অমা লৈজে। শ্যামগা নলিনীগসু চুম্নসুম মরুপ-মপাং ওইবগী মরিদগী হেল্লি হায়না মীয়াম্না হায়নরগা হেক্তা য়ারদ্রা?'

ঐ ঘড়ীদা য়েংলুমাল্লে। ঘড়ী হায়ফেৎ য়েংলুমাল্লে হায়সি মানা মখা তারকপদৈ খঙলকপনি।

'থেংলব্রা? নত্রগা ঐগা ঙাইহাক্তং ফম্মিন্নবসি ফম্মিন্ননিংদ্রব্রা? মীনা অশেংবা ৱা হায়দি তাদে। হোয় অদুবুদি নংবুদি লাইরিক্কী তিম্নিদনা। নংদি লাইব্রেরীদা অমুক চংখিদৌ ওইরিনি। ঐদি চংলরোই—হোস্তেলদা চুমদ্রিং য়ানশিনখ্রনি।'

কায়নরে ঐখোয়নি। মানা হোস্তেল্লোমদা, ঐনা লাইব্রেরীরোমদা। চৎনা চৎনা নীংশিংই। নোংমা উশা

অমদা লমখুনু জুরা অমা তোংমিন্নরম্বদু। নাউরি কাপশিনবদা উচেক্তদি পানহৌদ্রদুনা উশাদা পানখি। খংবনরা কৈনো অনিদু মায়কৈ তোংঙান তোংঙান পাইথোকনখি। মিৎয়েংদৈ তামখ্রফাওদা অনিদু পুনখিদে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি নাউরি পাইদুনা চীংয়া-তময়াদা উচেক থিবা য়াম্না কোয়নরম্মী।

নুপীসি নোংমদা অহুম্নক্লা কয়ারক্নো পংথৈ হায়। মসি করি হায়রিনো করি অর্থনো খঙদে। নুংগী ৱারা, পালগী ৱারা খঙদে। নুং-পাল তূনা পংথবা খুৎপংথরা খঙদে। সিমদি খল্লি নুপীগী খ্বাইদগী ফজবসি অদুগুম্বা মীৎকুপশিংদুদা ওইনি। লৈশাবী নলীনি শকহেন-লি হায়সি ঐ নহালখৈ উরুদে। লৈশাবীদো লৈশারিবী মখোংনা অঙাং নত্রবা লৈশাদ্রবী থম্মোয় অমা পুদুনা হোস্তেল্লোমদা তপ্না তপ্না চৎখ্রে।

পরিক্ষা লোইখিবা ফনা কুইরে। হাইদি হাইদোক্ত্রি।

ঙসি চৈরাওবা নুমিৎনি। চীং কাবা নুমিৎনি। ঐসু লৈকাইগী ইনাওশিং অমগা চীং কাবা অসুম য়েংলুসি হায়দুনা চৎথোকলুই। অঙাং ওইরিঙৈদদি নুমিৎসিদা চহি খুদিংগী চীং সুংশেই শোইদনা কারম্মী। চীং হেক কাফমগীদুদা নলিনীসু অঙাং খরগা লৈরম্বা থেংনৈ।

তাংদাংবমক খঙদ্রগসু মাসি স্বাইদগীনি হায়ববুদি খঙই। মানা হান্না কৌরকই।

'হাইমা শ্যাম। ওন্থোকনা থাজদ্রেদা ঐদি। লাই খুরুম্বা লাক্লিব্রা। খোংবু লৈতদুনা লৈরম্মীবনি। ফরেদা। চীং কামিন্নরসি ঙসিদি।'

য়াম্না রাংবা ঙম্বমক নত্রগসু চৈরাও চীংসি মতোন য়ৌবদদি শ্বর মপীদি হোল্লি। চীংদোনগী খরা চাং মান্নবা মফম অমদা ঙাইহাক শ্বর হোন্দোকই। পোৎথামিন্নে।

'ফনা রাইনে নলিনী। কুইনা কাদ্রদুনা তৌরমাল্লে।'

নলিনীদি নুংদুম অমদা ঙেক ফমদোকখ্রে। তশেংনা রাবা মাল্লি। শ্বর চনিং-চমাং শম্নদনা হায়রকই।

'হন্দক মরকসিদি ঐদি পংরাদা রাই। নারুবদু মপুং ফানা হঙ্গৎত্রিঙৈদো পরিক্ষা অমনা অমুক্কা ননশিনবিখ্রেদো। ঙসিদি ঐদি ফজনা রাই। ঙাইহাক্তুং পোৎথামিন্নখিসি।'

চীংদোন্দগী য়েংথখিবদা চীং কারকপসু কুমখিবসু ককচেং পরেং চৎপদৌনা য়েংবদা য়াম্না নুংশি। য়াম্না ফজে। পাক্লবা অতিয়াসু ইশেং শেংই। লৈচিন মফোল

খরা তেলঙ্গাগুম পাইদুনা লৈ। নুমিৎনা নোংচুপ চীংগোল্লোমদা লৈথরকপগী অমেংবা মঙাল. অমনা মালেমসিবু অপাবা ফি অমগুম কুপশিনবিরি। উচেক শঙ্গু শঙ্গু কোইপাই পাইরি।

'নুংশিদ্রা শ্যাম উচেক শঙ্গু শঙ্গু পাইমিন্নরিসে। শঙ্গুসিদে মমৈদা জুরা জুরা শেমদুনা মকোন মকোন্দা হনমিন্নরিগদ্রা।'

'হুম নংগীসে রাবা ফরক্লদুনা কবি চংলক্লব্রা কৈনোমা তৌরক্লে। নুমিৎ চংদ্রিঙৈসিদা হলহৌরসিরা? রাবা ফৎত্রিব্রা?'

'ঙাইখো হুমাং হঞ্জিনখিসি। শ্বর শাংনা হোনখিসি। য়াম্না শাংবা মিৎকুপ অমত্তংদি পোৎথামিন্নখিসি। নংগা ঐগা। ঐখোয়নিতা। শিবা নাইররোইদবা মিৎকুপ অমতং।' লীলাগী দাইলোগ মান্না, সেরিয়সতি ওইনা হায়রকই।

'পরিক্ষাদি ঙসি হয়েং হায়দোরক্লনি। মখা করম তৌগে খল্লি। হায়দি রিশার্চ তৌবগী মওংগা লৈরিব্রা নংবো।'

'ঐদি চৎথররোই। ব্বারে। হিংবসে ব্বানা ব্বানা হিংবসে হিংমল্লে। পোৎথানিংলে। হৈ-লৈগা য়াম্না হৌবা হিঙ্গোল মচা অমদা উগী তনান তনানবা য়ুম মচা অমদা পোৎথাদুনা হিংনিংলে। নুমিৎ চুপ্পা তহা তহা হিংবসে তল্লে। তমগে হায়রগা হয়েং ঐগী ইচা-ইশুশিংনা মরাইনা তমজরনি। ঐগী ইচাগী স্কুলগী য়ুনিফোর্ম ছুটি নুমিত্তা শুদোক্তুনা পরেং শানা ফৌদুনা পোৎথানিংলে। স্কত মচা মচা ফুরিৎ কুদাম তৎপগা পানশিনবিদুনা হিংবকাদো হন্দক্তি মিৎতা শং শং উই।'

'হাই নংগী কৈদাসি মওং অমনিহে কবি। অদো খরগা হেন্না ফজনবা মপানা খোংউপ মচা মচা-কা কাপ থাগৎলকপৈ মতাং অমগাদি য়াওরোইদ্রা?'

'ফাগী নত্তে। ব্বারে অদো ব্বারদি য়ুম হন্নিংবা পোৎথানিংবা তাবনি। উচেক্তসু নুমিদাংব্বাইরমদা মকোন্দা হঞ্জিল্লিদনা। ঐগা ঙাইহাক লৈমিন্নবসি নং য়াম্না হৈনদ্রমাল্লে। চৎত চৎলসিসে।'

হৌগৎখ্রে। কৈমতা তৌদবদৌনা। কৈমতা ব্লাদবদৌনা। অদুবুদি নুপীনিদনা লৈশাবীনিদনা মশা লৈশারিবীনিদনা। ফেৎ লাওজবতনি।

'হেরা অদুই ব্লা নত্তেদা। চুম্না চুম হল্লসিরা হায়বনি। শাওবু শাওব্রা কৈনো।'

'শাওদে। ঐ কৈমতা শাওদে। হো শাওজদেয়ে ইবুংঙো। নখোয়দি লাইরিক ফবনিনা মার্ক য়াম্না ফংদৌনিনা কৈসু খল্লম্মোই। ঐদি জাৎ জাৎ য়াম্না খল্লবজাৎনি। অদুবু ঐনা ওজাকা ওইরদি নোংমা ঐনা হংখিবদা নংনা পিখিবা পাওখুমদুদি মার্ক ফজনা পিরোইকো ঐদি', নোকনা নোকনা হায়রকই।

'আই করি নুমিত্তা করি হংখ্রিবা। ঐ কাওরে। নীংশিংবা থোকত্রে।'

---

# সনাই থম্বাল শাৎপা মিৎকুপ

ঐগী মিৎলমসিদা মিৎকুপ কয়া পরেং পরেং লাকই। ককচেংগুম পোৎথাবা হৈতনা মরেং মরেং লাকই। অদুগা চৎখি খঙহৌদনা নুংশাদা উনগুম। লমথাফম লমথুংফম খঙদ্রবা থোঙচৎ অমদা। লাকই চৎখি। লাকই চৎখি। কৈসু থোইদোক্তে। অমহাই অমহানি। লাকই চৎখি। লাকই চৎখি।

নোংমা মিৎকুপ অমতনি মা লাক্লম্বা। সুপ্নগী মিৎকুপ অমতনি। লাকনি খঙহৌদে। হায়রমদনা লাকখি। থৌনাইদ্রবা নুমিদাংৱাইরম অমদা খঙহৌদনা ফুং ফাওরকখি। শ্বাই মাঙখি অদুগা থংনবা মিৎকুপ্তা। তরাম তরাম ওক্লনি কাওরুই। ঙক্লা লৈহৌই। মুন্দুনা কেলহৌই ফজবনা ঈথক হৌরবা, অঙকপনা থুমহৎলবা মপান্নাইদবা মালেমসিদা।

মিৎকুপমখক্তনি মাবু উখিবা। নুপীদা নুপী মান্না লাকই। খঙলসু খঙলুদে। য়েংলসু উরুদে নহাল মখৈ নুপী কৌবা খুৎশেম অমা লৈ। নোংথাংগুম লাকখি। নোংথাংগুম মাঙখি। মিৎকুপ্তুদা পাকচাওরবা তাইবংপানসিগী ফজবৈ মশেক অমা উরবগুম তৌখি।

মীওইনা পোক্লিবসি কয়াই মতিক ফজবা। কয়াই মতিক নুংঙাইবা। নুপা ওইনা পোকপনিকো ঐসে.। পাখং ফারক্লমাল্লেকো ঐসে। য়েন্নিংথা য়ৌরক্লে আহ! য়েন্নিংথা য়ৌরক্লে।

মমিং খঙদে। মশক খঙদে। লৈশাবী মচাদো নুপী ওইবীগী ফজবনা ইথন থল্লদুনা মীরক্তা মাংখি মপোকসিমৈ ওইনা।

লৈরবদি মপোক কয়া হন্দক্কী মপোকসি নত্তবা মিৎকুপ্তো মপোক কয়া নিংজমলগী মহৈনি। কনানা করম্না শেম্বা ঙমগনি অসুক ফজবা তাইবংপানসিবু। করম্না শিংথাবা ঙমগনি অসুক ফজবা মীওই মপোকসিবু। তারি উরি-সিগী ৱাংমদনি। ৱাহৈগী ৱাংমদনি।

ঐসে নুপানিকো। মপুং মরৈ ফাগৎলক্লবনিকো। নুংঙাই ঙক্লা নুংঙাই। নুমিৎনা নোংপোক্তা থোক্লগা নোংচুপ্তা তারিবা ঙক্লা ফজে। হৈরাংনা হৈরাং পাল্লিবা লৈরাংনা লৈরাং শাৎলিবা মহৌশাগী শকফমসি ঙকনা ফজে। মহৌশাগী অপুনবা শক্তমসিদা উফুল মরিক্কুম্বা ঐ অমা পুনশিনখিবসিদা শৈথাবদনা নৌরগদবা মনুংঙাই অমনা কালেন্দা অইংবা নুংশিৎনা ইশাদা য়ৈবগুম য়ৈররি। করি মনুংঙাইনো করি মফজনো। অচৌবা অচুম্বা

মপুম অমা লৈবা মাল্লি। খোঙচৎ কায়না উরবা মিৎকুপ পরেংগী খোঙচৎথসিদা। লাকখিবগা চৎখিবগী চৈরকসিদা। লাক্কদৌরিবা তুংগী পিবুক্লুংদা।

উপাল অমা হৌরি মরু লুক্না। মতৌ লৈনা লেপ্তুনা লৈ য়েন্নিংথাগী অয়ুক্তা। অদুম মরৈ নাকেন্থাগী নুংথিলদসু। নিংথম কালেন খায়দে অয়ুক নুংথিল নাইদে। অদুম মহৌই মতৌ লৈনা।

মিৎকুপ্তো ঐনা হান্না উখ্রবগুম তৌবীনি। মিৎকুপ পরেংদৈ মিৎকুপ অমতং। কদাইদনো করমকান্দনোইদুদি নীংশিংদে। অকাও নাইবা মপোক্লি। উদি উখ্রবগুম তৌবীনি। মাসু ঐনা হায়ফেৎ য়েংলকই শমিন ফংখিমাল্লে। হায়ফেৎ শমিন ফংনা চৎখিবোই নীংই! চৎখি অদুগা মাংখি মপান্নাইদ্রবা মীরক্তা। ফজবনা নিল্লবা মালেমসিদা ইথন্তা উ য়ুংবগুম য়ুংহৌই। থৌনাইদ্রবা নুমিদাংরাইরমদুদা। শেন্নহৌদ্রবা অশাংবা মিৎকুপ্তুদা।

মপাল নাইদ্রবা ফজবগী ঈপাক্তা কোঙ্গোলগুম তাকখ্রবী মপুং মরৈ ফাগৎলক্লিবী শকহেনবী! হৌফম লোইফম খঙদবা খোঙচৎসিদা শকফমদুমতংদি হুরান্দুনা পুনিংলি ফম্বীনা ঈথক হৌরবা থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা মোংফমগী ব্রাংমদা। অতোপ্পা খোঙচৎতা।

---

# থানিল

শান্নপোৎশিংদু ঙম্না মথরায় পাল্লি। মথরায় হাপ্লিবনা ঐগী পিক্লিবা ইচাশিংনি। ৱারী শান্নে। ঈরুজে। চাক চাই। কার থৌই। লেং লেং চৎলি। ওফিসফাও কাহল্লি।

নোবেল অমা পাদুনা লৈরম্বদগী তাঙকক অমা লোইরকপগী তাঞ্জাদুদা কুম্মৈদু উরকপনি। সংসার মচাদু উরকপদা ঐসু কুম্মৈদুদা ঙাইহাক্তং লুপ্লুই। ইচাশিংদুদি ঐ অমা মপা অমা মনাক্তা ইচাউ চাভিনা লৈবদু করিসু নাচুংদবা মাল্লি। ঐ মনাক্তা ফল্লি হায়বসি উরবসু উরমগদবা মান্দে। ঐসুনি। ঐগী তাইবংনি। কাফকাগী 'মেতামোরফোসিস'তা ঙসাইমখে লুপলুরিবনি। ঐনবু খল্লি—নুংঙাইবা হায়বু সিমঙাই। করিনো তৌরিবা থবক অমদা থরায় হকচাং পুমলুপ লুপশিন্দুনা হিংবসিঙাই। অঙাং ওইরিঙৈগী মতম নীংশিংলকই। উচি নোং মরক্তা লোং গাড়ী ওন্দুনা শান্নবদু মিৎমাংদা চোংথোরকই। পুন্সিসে খঙনুং নুংশিরকই। মিৎকুপমুক্তং তাইবংমীগী মপোকসি খঙলবগুম নুংঙাইবগী ইপোম হৌরকই। পোম্লম্বা লৈরাংদগী মপুং মরৈ ফাদুনা মায়কৈ থন্না শাৎতোরকপা

অদুদগী লৈমন চন্দুনা লৈমাইদা মচোই মচোই কেনবা পোকপা শিবা নাইবা মহৌশা খোঙচৎসি ঙসিদি খঙফ ফজরকই। তেংথানিংঙাই ওইদে য়েন্নিংথা। তেংথানিংঙাই ওইদে নাকেন্থ্রা। ইমাংদা চংশিল্লকইবা ঐগী নুপী উবদা ঙক্কুনা য়েংই।

'কৈনো, নহালমখে উদদৌনা চাগদখে য়েংলিদুবো। ঙসিদি ব্রেকফাস্ত-সি শ্বাইদা তৌ তারে। ছুটিসু ছুটিনি।'

'ব্রেকফাস্ত নত্তে হায়রগা ইমা। ঐগী লাইথিগী বার্থদে পার্টিনি।' ইচানুপা অতোম্বনা লাওনা হায়রকই।

'হোয় হোয়। বার্থদেগীনি বার্থদেগীনি।' মমানা চুমথোকচৈ।

ব্রাখলগী ঈরৈদা লুপ্লিভৈদা ইচাশিংদুনা মমাদা হায়দুনা শিনহল্লুরিবা মাল্লি। ঐতনা খঙহৌদ্রবা। মমাসু মচাশিংগী মমানি। অচাপোৎ ময়াম অমা কেক্কী মথক্তা শান্নফমদুদা মমা মচা ময়াম চংদুনা ঙাইহাক্তংদুদা ফজনা শিন-লাংলি। কেক কক্কুনা বার্থদে পার্টি অমা নোক-নোক্কুনা য়াঙরি ঐখোয়নিসু। য়াওদ্রবদি কমদৌনি য়াওই—মমানা রুমাল অমা ঐনা ইনাক্তা লৈরম্বা কলম

অমা বার্থদে গিফত পিদুনা। য়োৎচাবীনা য়োৎ মকুপ চিংশিনবগুম চিংশিনবিখি মমাগা ঐগসু। অঙাংশিংগী তাইবংদা ঐখোয়নিসু অঙাং ওইনা য়াওই। চহিনঙাক অহল ওইবগী চাং লেপ্পা য়াব্রা? য়াওই ঐখোয়নিসু শান্নপোৎ ময়ামদো মথরায় হাপ্তুনা মপুং ফারবা ছুটি নুমিৎকী অয়ুক্তুদা। শিঙ্খা অমমমদা থরায় লুপ্পরুবা ময়াম অমা ঙাইহাক্কী মমাংদা। ঐনা ঐগী তাইবংদা লাইরিক পাদুনা। ইচাশিংনা য়ুম পানবী শান্নবদা। মমানা চাকখুমদা মমা ওইনা। হৌজিকনা বার্থদে পার্টিদা ঐখোয় ময়াম য়া য়া নোকমিন্নরি।

ঙাইহাক লৈরগা মমানা কপ প্লেত অরেম-অপা ময়ামদু চাকখুম্লোমদা হোন্দোকপা হৌখ্রে। মমা অমুক ওইখ্রে।

ইচাশিংদি শান্নবদো লোইদ্রি। মখা অমুক চৎথখ্রে। নোবেলদু অমুক হাংদোক্তুনা মখা পাথনবা হোৎনৈ। ইচং চংদ্রে। চুম্না সুম পাথনবা হোৎনবতা মঙাইরে। মহাওদি মাংখ্রে।

শান্নপোৎশিংদুদি হান্নদগী হেন্না মথরায় য়াওনা লেং লেং চৎপা হৌগৎলকই। ঙাংন-শান্নরিদুদা ঐ হায়ফেৎ নোকনিংবোই ইকাইবোই তৌদুনা তুমিন্না হৌগত্তুনা চাকখুম্লোমদা চৎলি। কপ-প্লেত চামদুনা

লৈরিবী ঐগী নুপীগী মনাক্তা লেপ্লুই—ইকাইবোই করিবোই তৌবদু অমুক্তং নোকথোকখিনবা। অমুক্তং নোকথোকমিন্নখিনবা।

‘কৈদৌরে মোমোন মোমোন্নবা লাক্লিদি। লাইরিক পাবা য়াদ্রব্রা?’

‘লাইরিক পাবগী মহাও মাংখ্রে। হেন্না নুংঙাইবা লাইরিক্তি ইমাংদা তাদুনা লৈরিসিনি। ঐনা নহাল মখৈ য়েংবা হৈতদনা উরমদ্রবা। লাইরিক হায়বু হিংলিসিনি মরেক মহাও য়াওনা। চেদা ইরিসিদি য়াইববু ইমুন মুন্দে।’

‘ইস অয়ুক ঙন্তাসিদা। ঙাইখো কবি, নোকনিংলিদুনা করিগীনো।’

‘সুম নোকনিংলক্লবা। ঐনা মখা পাথগে হোৎনরকপদা ইচং চংদদুনা লৈরিঙৈদা মখোয়না শান্নবগী ঙাংন-শকনরিসিদা ঐখোয়নিসু পুরা য়াওহৌরে। ঐখোয়নিসি মরক মরক্তা অসুম্মাইনা তৌরমগদ্রা অসুম্মাইনা ঙাংনরমগদ্রা হায়বসি ঐ অমুক্তা খন্থরুদে।’

‘কৈনো হায়রিদুবো। মমৈ মকোক শম্নদে। ঐসু নোকপদো অমুক্তা য়াওগে কৈদৌগে।’

'হেরা শান্নরিসিদা মমা শাবসু য়াওহৌই। মপা শাবসু য়াওহৌই। মমা মপাদু কৈনোমা কন্না ঙাংনহৌরি। নং মানমনখ্রদুনা নোকনিংলক্লবা। অদুগা ঐ ইশানদি খঙজদবা ঐনা হায়বা মানবা ময়াম অমসু মপা শাবদুনা ঙাংহৌরি। ঐনা নহালমখৈ তারিসি নংনা হায়বদুদনি। ঐনা নংঙোন্দা হায়বদুদি ঐ ইশাদি অমুক্তা তাদে। অঙাং শান্নবগী সংসারসিদদি ঐসু ঐনা হায়দু ঙসিদি তারে। সিদবু নোক্তা য়ারিব্রা? নোকথোক হৌদা য়ারিব্রা?

'হোয়নে অঙাং হায়সিদি সি ঙাক্তনি: অদো কৈনো ঙসাই ঐঙোন্দা ইঙক ঙকনা য়েংলিদুনা।'

'ঐদি লাইরিক্তু ফজনা পারুরবজাৎনিদনা। নংনা অচাপোৎকা করিগা ফুং ফাওজিল্লকপদুদা কদোমদগী করম কান্দা ফাওনখ্রিবা পাওনো হায়না ঙক্লিবনিদনা। থাজরুদবা।'

'ঐসু কাওরুরপোৎনি। ঐনা সোমদা অয়ুক্কী থবক্কী ব্রেকফাস্তকী লাংলিঙৈদা ঋষিকুমার লাক্তুনা অমুক নীংশিংলরিবনি। ঙরাংদগীনি লাইথিগী বার্থদেগী কেক লৈরকউ হায়দুনা

তপ্লিবা। কলেজদৈ হল্লকপদা ক্বাকৈথেলদগী লৈরকপনি। কাওরম্লবদি ব্রারু-নোঙজু থোক্লরমগনি। ঙাইহাক্কী নিংঙাইগা ওইরম্লোই। ফনা কুইনা পৈরমগনি মপাই মচা। নংসু অদুৱাইদা কন্না উংদুনা লৈবদুদা ফনদুম ফরে অদুৱাইদা হেক্তা লোইশিল্লগে হায়না লাক্লিবনি। স্বাইদা অমুক চাই আদা অমুক চাই তৌদৌ শরুক। কালেন ছুটিসু লোইদৌরে। ঙসি ছুটি ওইরিঙেসিদা হোরেল নুংথিলদি বাজারদা অঙাংশিংগী পোৎ খরা লৈমিন্নরুসি। লাইরিক খাউ. টিফিন বোক্স, পোৎ মচা মচা খরা লৈদা য়াদ্রে। নুংথিল সোপিংসি মখোয়সু য়াওনি হায়দুদা ব্রেকফাস্ত-কম-বার্থদে ওইনা শিল্লবা।’

নুংথিলদু বাজারদা মমাগা পোৎ ময়াম অমা পংলৈদা লৈ। মানা লৈগে নিংলকপদগীদি ফনা য়াম্না হেন্না লৈবা মাল্লি। অয়াম্বদি ইচাশিংনা ইমা ঐগীদি সি ঐগীদি আদৈসি, মচু সিনা পাম্মী অমদুনা হেন্না ফজে হায়দুনা য়ামথোকখিবা মাল্লি। ঐদি পোৎ লৈবসি হান্না পুকনিংদা লৈদুনা লাকই। নত্রদি য়াম্মনখিদুনা কোক ঙাওই। অমখক্তংদি ইচা অতোম্বেখক্তংদি খুদক্তা লৈনিংলকপা মাল্লি। ঐগী ঐগী ঐগীদি সি ঐগীনা আদৈসি হায়না চরাংনরিঙেদা ইচানুপা অতোম্বদি

দুকানগী সো পিছ ওইনা থম্লিবা পুংকক চাউবা তেদি বিয়ার অমৈ মমাংদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। অতৈ অমা নত্তে মাই অপাম্বদু মদুতনি। মাই অপাম্বদু ফন চোংথোক্লুনা লেপ্পা উই। লৌথুপ লৌকোয় লৈতে। বস মসিনা লোইরে। পোৎয়োনবসু ঐখোয়সু নোকই। তাইবংমীগী অপাম পামদসি লৈতেং খোৎতেংদুনা নাচেকনা য়েদুনা ফোংদোকনবসি চহি য়াম্লবশিংতনি। অঙাংগী অপাম্বদি অয়ুক্কী নুংশা মঙালদা থকনবা ঈশিংমুক লুই।

নুমিদাংদু অঙাংশিং লোইনা তুমখ্রে। ঐখোয়নিনা তিভিগী অথেংবা পাওদু ঙাইরি। ঐনা নোবেলদু মখা পাথনবা হোৎনরি। মানা হিসাব অমা কন্না হোৎলি। মথং থাগী ইন্সুরেন্স প্রেমিয়ম, মৈগী ঈশিংগী খাজনা, চাগা চাদিংগী বেলেন্স সিত মরক্তুদা চিংশিনবিরক্তনবা ঐনা কন্না তপ তৌরি। মমাদু কৈদৌরে ইচা কৈদৌরে হায়দুনা ইচা অতোম্বগী ফমুং তম্না চৎপোই চেনবোই চংখি। তুমখ্রবনি কৈদৌরজাৎনো হৌজিক কপ্লকইসিবো। সেন্দল উপশিন্দুনা ঐ চংশিনবদবু মঙাইরি মমাদি থোকপু অদুম থোরক্লে। ফিবম খরদদি মমানা মপাদৈ থুবা য়াম্না হেল্লি। মমাগী মিৎ নাকোংসি ইমুংগী মচি খুদিংদা পানবজাৎনি।

‘মমঙদা কপ্পিবনি। মাই তেদি বিয়ারদু ঙসাইগী দুকান্দা অমুক চৎখি হায়। মাদি চান্নবা নুংশিরুরজাৎনি। কোন্দুনা তুমগনি হায়দুনা তুমখিবনি। ঐনা তুম্বদা নঙ্ক্লেগনি হায়দুনা খরা থৈদোক্তুনা থম্লম্বনি। নুংশিদ্রা তেদি বিয়ারদু মমিংফাও থোনবিখ্রে। থানিল হায়না কৌবিখ্রে।’

পাও লাক্তি। পুং তাফাত্রি।

‘মমিংসি ফজদ্রা।’ মমানা মখা তারকই।

খুমদ্রসু য়ামাল্লে হায়না ঐ খুমদে।

‘কৈদৌরে তুমিন লৈরিদুবো। অঙাংনা থোনবা মান্দবরা। নংদি ঐগী অপাম-পামদকাসি খঙবিপোৎ নত্তেদা। ইচাশিংদি খঙবি। থানিল হায়বা মিংসি মমানা য়াম্না পামজে হায়সি ইচাশিংনদি খঙই।’

‘অদুদি পাও তারগুমসিরা। ফমুং চংলসিরা থানিল।’

‘ইস, ইকাই নাইদ্রেদা।’

---

# লোয়ালমগী ৱারী

মী হাৎলুবে মা মপুন্সি চুপ্পা ফাদোক তাখিবনি। কদাইদনো সহরগী জেল অমদা লৈখিবা ফনা কুইরে। ঙসিদি লৈকাইসিদা মাবু কনানসু নীংশিংনদ্রে।

থৌদোক্তু নৌরিঙেদদি করি করিনো ময়েক্তি শেংদনা লৈকাইসিদা মাই মরমদা, শিথ্রবা—মানা হাৎখিবদুই মরমদসু ঙাংন-শকনরম্মী। ময়েক্তি শেংদে। চমমনৈ। তৌবসু অনিমক্তু লৈকাইদুই তাকু ঙাক্তনি; য়াম্নমক ফত্তবা থবকপুদি তৌদ্রবসু, মবানি থেংনবদা কয়া নুংঙাইবা মীতা নত্তে। খুলগী ঙানু-খুনু হুরান্দুনা চাথোকপা, মীগী হুইদা নুংনা থাবা—সিগুম্বা মচা মচানি। খুলগী হুইমখৈসু মবানি উবদা গৌ গৌ পংখোংদা খোংই। লাপতিন তিন্নবা নত্তনা কনানসু তোরো-খোদানা তিন্নদে। য়ু ঙাওরগা মরক মরক্তা হেক হেক ফুনজরসু মবানিতদি লুনা তিন্নে। ইশম শম্না নকশিন্নবদা লেম্বা মীশক নত্তে। তাকুসু মহাতাকু নত্তে। অদুনা থৌদোক্তু খবরদা করিদা য়াওদুনা মীয়াম্না খঙনবা ৱাফম ওইখিদে।

মাই মমাদু লৈরিঙেদদি য়ুমথংনবা অমা অনিনা মাবু খরা খরা নীংশিংবিরম্মী। নৌনা লুখ্রা ওইহৌবী

মমাদুনা লুনা তৌজখ্রবনি। য়ুমজাও লাইখন তাবদুদা মবানিদা লৈ। মচিন্দদি ইমা হাইবদৈ হেন্দে। তৌথোরকপদদি চোংলম চাদে। মিৎ নাই। মমাদুনা নোংফাদোক মচাবু শোঞ্জরকপদা য়ুমথংনবা ইনে শখিহোয় অমা অনিনা ঙাইহাক হেক মা হিংলি জেলদা লৈরি নীংশিংলুবগী রাতনি। মমানসু করিগী শোল্লোইদগেদো? মী হাৎলুরবসু মমাগীদি মচানি। ঙসিদি লৈকাইসিনা মাবু কাওরে। মা শিরবগা অমহানি। মাই মরুপ মানা হাৎখিবদুনা তশেংনা শিখ্রবনি। মানা হিংজরবসু স্বাইদদি হিংদ্রে। তশেংনা শিখ্রবগা হিংনা হিংনা শিরবগা অমহানি লৌবদা কয়াম কাইবগে? তাইবংপানসিদা মাগীনি হায়বা কনাসু লৈতে। ময়ামগী মিৎয়েংদৈদি। মাই মিৎয়েংদৈদি কনানা খঙনি। ক্না অমা হে অমা চামিন্নরুবসু নত্তবনিনা।

'হৈমা ইবেমহল নত্রনে লাক্লিবসিবু। নপামদা লাক্লিব্রা ইবেম্মা নংদি।'

'মানি, মানি ইনে শখি।'

'কুইরেদা উদবা। নুংশিদা। কমদৌরি ইবেম্মা নংদি। নুংঙাইরিদনা। নচাদি কয়ানো।'

'সুম পাল্লি হায়দুনিদা। অনিনি। নুপামচা অনিনি। তু অসিদা মবোক্কী য়ুম য়ৌরে হায়দুনা চেনচৎ চৎলিসিনি।'

'নুংশিদা। চাউরেনহে। নয়ুম পানখিবদুদি ঙরাংতা ঙাইরিগুম খল্লি।'

ইবেমহল লৈকাইসিগী নিংঙোলনি। অথাপ্পা সহরদা য়ুম পানখিবনি। ঙসি মপামদা লাক্লিসিনি। ইনে শখিহোয়গী থোঙ্গালসিদা লম্বী থোক্কুনা ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই তৌনরিবনি। ইনে শখিহোয়গা হেক য়ুমথংনবদা অমু-হোয়গী ময়ুম্নি। ইবেমহলহোয়গীনা য়ুম্লোন অহুম চৎলগা লৈ।

'ইনে শখি তা-অমুহোয়গী হিঙ্গোলসিদি পূরা হোংলম্লেনা। কনা লৈরগে অসিবু।'

'ইবেম্মা হাংদুনা লৈবা হায়সিদি য়াবা নত্তেদো তাইবংপানগী নিয়মদা। নোংমাইথেম ইমুং অমনা লৈদুনা নুংঙাইনা লৈররে। মবুক মপাও ফত্রবা ইমুংনি। মমাংঙৈ নত্রে মতমসি। অমুগী মমা ইচেদুনা মচা অঙাওবদু শোন শোন্দুনা শিখিবনি। নুংশিদা লাই ওইত্রবী ইচেদো। ঙাইখোনহে নংবু। নোংমনহে মানা হিংলিঙৈদা

মচা উনবা জেলদা চৎলুবগী ৱারী তৌরম্মী। ইমা ইবেমহল ময়ুম পানখ্রবরা হংলকই হায়রম্মীনে। অদুবুদি লিন্দফাও মকোল চংলমদাইদা চুম্মী হায়নরিদনা। নংসি ইবেম্মা মথোং হুক্তবদুই মমিৎতা ওনহোকনা ফজনা উখ্রমাল্লেহে। হায়দি ইনেনা নংবু ফজদে হায়বা নত্তেদা। ইমৌদি ৱাশি লৈখ্রপোৎনি।'

অসুম্না ৱারী শারিঙেসিদা লৈরক মনুংদগী ইপল শাজৌ থোরক্লুনা মখোয় মনাক য়ৌশিল্লকপদু মবানি উহৌদে। অকোনবগী মতাংদু তারমগনি। মানা ফুং ফাওদোরকপদুদা মবানি ঙক্তক তৌই।

'ইবেমহল নংবু নপামদা লাক্লিব্রা।'

'মানি ইপল। ঐখোয় পাজিদু মশা ঙমদে হায়। হংবা লাক্লিবনি।'

'ঐসু নখোয়দগীনিনে। নপাদি কৈসু থোইদোকপা তৌহৌদ্রেদা। ঐগা হৌজিক্তা ফম্মিন্নরম্বনি। চুন্না সুম লোক লাইহৌনা করিনা নোংমা নিনি হেক মশা নুংঙাইরুদবজাৎনি। কমদৌরি নংদি। অঙাংদি কয়া শুরে। হায়

অসিদা চেনখিবা অঙাং অনিদু নংগীরা। ওইনি। মাল্লি। মমাই মচানি। লাইমচাদু ঙাইহে।'

'মানি ইপল।'

'করম পাল্লি ইবেম্মা নংদি। নুংঙাইরিদনা। ইচাদি হান্নগুম কৈসু তৌদ্রিনে। ঐখোয় মেম্মা নতাহোয়দি পরপ পরপ ময়েং তারক্লে।'

'সুম সুম পাল্লি হায়দুনিদা। কনানা নুংঙাইজরুগনোদা ইপল।'

'কৈনোনে ইয়াদুবু বেঙ্ক-কি অচৌবা থবক অমা তৌই হায়দাইনে।'

'হো তৌএ তৌএ। ইবেমহলহোয়দি মরাইবক ফখ্রপোৎনিদা। নুংঙাইনা পানখ্রজাৎনি। মশক মচু হান্নদগীদুম হেন্না পাল্লে। হনুবা হৈরোইদৌরি।' শখিনা ওকই।

'অদা তাইয়ে ইনেসিদি।' ইবেমহলদু মোমোন্নজে।

নুংদা পোমজবী খোয়রুম মোমোন মীনোক্তু পাল-দা ফুগাইনা শাৎতোরকই। থাবলদা লৈরাং থাবল্লেগুম। থাগৎলে খঙনা হরাওজে।

'চংশিল্লুরো চংশিল্লুরো। নিংঙোলনা মপাম খোংদোইরকপা হায়সি নুংশিত্ত্রপোৎনি।' ইপল শাজৌনা নীংশিংবিরকই।

নত্রদি ৱারীদু ঙাইহাক চৎথখিদৌনি। ইবেমহল চৎখ্রে। অনিদুনা ঙাইহাক পন্থহৌরি।

'ঙাইখো শখি। নংনা হৌজিক হায়দু করি হায়বা। অমুনা ইবেমহল ফজৈ হায়বা।'

'হোয়নে তাদা। লৈখিদ্রবী ইচেদুনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়রম্বনিদা। চুন্না শুম শোল্লম্বনিদা।' অকোনবগীদু খরা শোন্থাংনৈ।

'চুমগনিবো ইবেম্মা চুমগনিবো। তাকুদুনা নিংজরম্বা য়াই। মাসু নহানিদনা। মবানি ফুনদুনা শিনখ্রিবদু নংসু খঙলিবদুনি খুন্দোলগী য়ু-য়োনফম তোম্বী কুৎ-কি দুকান্দনিদো। নুমিত্তু তোম্বী কুৎ-না হায়রম্ববু মবানি য়ু থকনা থকনা ইবেমহল ফজৈ ফজদে হায়না সুম মরৈ

য়েৎনরকই হায়নে। য়ু থকপা য়ু ঙাওবা হায়সিদি। জাৎ জাৎনিদো। কৈসু নত্তবদা। মী-পোং ইচিক চিকপা তাঙ্খাদুদা মাসু মনিংলোমদা হায়ফেৎ থোক্লুজাৎনি। পোপ পোপ হেক্তা থানদুনা খৎনরকপগী মখোল তাদুনা মানা চেনশিল্লবদদি অমদো লোংনা তাদুনা লৈরম্মী হায়নে। কনানসু তাংদাংবা অমা খঙনদ্রসু ইবেম্মা মসি চুম্না সুম খৎনবদুদা তুশিন খোশিনবদা শোকফম চাদবদা শোক্তুনা হায়দি মকোকনা ফান মচিন্দা ফক্লাংদা য়ৈখাইদুনা খুদক্তা শিবজাৎনি। শিবা হায়সিনদি ঙাইহাক্তনিদো। অঙাং অনিদু লুনা তিন্নখ্রবা মরুপ্নি। মলোমদগী করিদগী হাৎনগদবা মান্দেদা।'

'ওইরমগনি তাদা চুম্নমগনি। অদুদা সুম থোকউ হায়দুনা অশি-অনা য়াওনদুনা পুমচাই চাইখ্রেদনা।'

শাজৌ চৎখ্রে। শখিসু থোঙ্গাল থিংজিন্দুনা ময়ুম চংখিদৌরে—চংলমদাইদা ইবেমহলনা চংখিবা লৈরক্লোমদা শাংনা অমুক্তং য়েংলকই।

---

# অহিংগী অৱাবা

মানা য়াম্না পামজবসি মী ওইবনি। মী ওইনা হিংবনি। তাৎ তৌদনা, তৌশিন্নদনা তশেং তশেং মী ওইবদুনি। সিতনি মানা খল্লিবসি। অয়ুক্কী নুমদাংগী। মানি মসিতনি। অয়ুক্কী নুমদাংগী। তুন্নমদাইদসু মসি হেক্তা খল্লকই। পাক তুমথবা য়াদে।

মীনা মী ওইদ্রিবসি করিগীনো? মানা খল্লি। ওইগে খল্লি ঙমদে। সুংঙম ঙমদে। মসিনি মাই অৱাবা। মসিনি মাই ইশৈ। লায়না অসিনা লায়পু ওইদুনা ঐ নোংমা শিগদৌরিবনি—মানা ৱাজে।

মানা ইতৎ হেক তত্তনা মঙবা মঙ অমা লৈ। ঙকই—মঙসিবু অমুকখক মঙখ্রগা মিৎকপ থোক্লকপদা মঙলান ওইনা লৈমন চনখ্রিদিসিবু করিগীনো। হঞ্জিন হঞ্জিন মঙলিসিবু করিগীনো?

কৈদৌঙৈ তাগদগে ৱাকচিংগী নোংসিবু। ঙরাং তাগদ্রা খল্লম্মী তাখিদে। ঙসিসু তাদে। হয়েংদি শোইদনা তাগদ্রা। ফনা কুইরে মঙখৎলক্লিবা অদুবু সুংতা তাদে। ওমদুনা অদুম মরৈ; মঙদুনা অদুম মতোকই। নোং তাগেদি হায়দ্রদনা নুমদাংৱাইদা নুংশিৎ

হেক্তা তারকই। অদুনা মা তেলঙ্গা পাই। মসিনি মাই অৱাবা। মসিনি মাই ইশৈ।

তশেংবদি মা-সি শানি। শাসু ময়াম্না খংনরিবসি নত্তে। কৈদা অমৈ শানি। তোপ তোপ্পা শা মখল অমনি হায়গদ্রা। হন্না হন্না হায়রবদা তৌশিন্নদনা মী ওইনিংবা শানি। অদুনা শামকসু নত্তে। মীসু নত্তে। অদুবু মীদি ওইনিংই। মানা পামজবা মীদাদু ওইনিংই।

পুন্সি হায়বু হিংলিসিতনি। সিখক্তনি। অনি শুদে। ঐগী পুন্সিসিবু কয়া শুবগে কয়া য়াম্বগে মীনমদুনতা লৈনবা—মানা খঞ্জে। তেনসু য়াম্না তেনবজাৎনি হিংলিবসি ইশা ইথন্তা নমথাক তৌদুনতা লৈনবা।

তুমথবা য়াদে। মিৎকুপমুক্তং ওইরবসু তুমহৌরদি। অহিংসিমতং ল্যোইখ্রবদি। ওহ!

ৱাকচিংগী নোং তামন্দ্রদুনা মা নুংতিগী তেলঙ্গা পাই। হিংবী শান্নে। তেলঙ্গা পাইদুনা ঙাই।

হঞ্জিন হঞ্জিন মঙবা মাই মঙসি হেক মঙলকপগা মা থুনা হেক্তা মিৎকপ থোকই। তুম্না তুম্না খঙজরকই ঐ তুম্লি মিৎকপ থোক্লগে মঙসি মঙবা হৌরক্লে। তৌবৈদি চহি খরা লৈশিল্লকপসিদদি মঙদো কয়া তোয়নদি মঙখিদ্রে।

থা শুরবী অঙাংদি হেক পোকথোকত্রিঙৈগী মীরোনবীগুম মশা রাই ইচিন চিল্লি। তাংদাংবা অমা লৈতে। রাকচিংগী নোংগুম ওমদুনা অদুম মরৈ। কোক হেক তাথোকখ্রদি রাই শংলগদবা। কোক হেক পোকথোকখ্রগদি মা নোকথোকচরদৌনি। নোক্লিংই মা অয়ুক্কী নুংশা মঙালগুম। রাকচিংগী নোংনা চামথোকখ্রবা অয়ুক্কী মাইথোংগুম। ফৈরাথক্কী নরাগুম।

হৌজিক্তি মা মঙদো সুংমঙ মঙখিদ্রে। অনৌবা মঙ অমা ওইনা মঙলে। মঙদৌনসু তৌদে হন্দক্কিসিদি। রাখল-লা মঙ-লা মফম খঙদে। তুম্মুব্রা, তুম্মুদব্রা খঙদে। খোংনা-খুৎনা শোকপা ফংদবা অদুবু রাখলগী তাইবংপান্দা ময়েক শেংনা লৈবা অনৌবা মঙনি। মাই রাখলদা অহিংবা পোৎ ময়াম অমা লৈ। তাইবংপান্দা ময়েক শেংনা লৈবা খোংনা খুৎনা শোকপা য়াবা পোৎ ময়াম অমা লৈবগুম। অনৌবা মঙসি মঙনা মঙনা মা খঙই মা মিৎকপ থোকপা ঙমদ্রে। মিৎকপ থোকনিংই। মা মিৎকপ থোক্কে হোৎনৈ ঙমদে। মখোং মখুৎ লেংগে হোৎনৈ ঙমদে। হঞ্জিন হঞ্জিন হোৎনৈ ঙমদে।

নোংঙাল্লকপদা মা শিরম্লে। শা-ঙাগী ডাক্তরনা হায়—হার্ত এতেক্লি।

অয়ুক্তা ব্লাকচিংগী নোং খিকই। য়ুমথংনবৈ মীরোনবীদুসু লায়েংশংদা অঙাং উনরে হায়।

---

# খোংমীনা শগোল ওনবা

(য়ারী মচাসি মী অতৈদৈ তোপ্পা ঙম্বা মীশকশিংদা কখোকচরি।)

ঙসি ছুটিনি। য়ুনির্ফোম শেৎপা মহেরোই ময়াম স্কুল গাড়ীদা চৎপা উদে। গেক্তগী য়ুনির্ফোম পরেং পরেং, চবুল চবুল লাইরিক খাও পোরদুনা স্কুললোমদা চংবা উদে । নুংতিগীদি খরা থাপ্তকপসিদৈদি অশংবা উরক্তা অশাৎপা লৈরাংগুম উবনি।

অনেম্বা চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লগা ময়াইদা লৈতেম মান্নবা মফম অমা লৈ। শান্নবুংনি। ঐনা লৈরিবা ট্রেনিং একাদেমীগী গঙ্গা হোস্তেলগী তাইনবদনি। মহৌশা খুৎশেমগী স্তেদিয়ম মাল্লি। স্কুল লৈরিবদুনা নোংচুপ থংবা চীংয়াংদনি। শান্নবুংদুদা অঙাং ময়াম ফুতবোল শান্নরি। ঐনবু খল্লি ছুটি নুমিৎসিদা নোংথি নোংমংদ্রবদি কয়াদা ফগদবা অঙাংশিংসিনা নুংঙাইনা শান্নজনবা। মচি খরদদি নোং তাখিবগী চোৎ চোৎ লাওরি।

শান্নরিবা অঙাং ময়ামদুগা য়েংনবদা খরা নৌতক তৌবা অমদি শান্নবা য়াওদনা খা থংবা গোল পোস্ত মনাক্তা ফমদুনা লৈবা উই। মখোয়না য়াওহন্দবরা মশানা য়াওজদবরা হায়দুদি খংদে—ঐ হোস্তেলদগী

থোরক্তুনা শান্নবদু য়েংবা কুইদ্রি। শান্নরি মখোয়। মচু মচুগী ফুরিৎ অঙাংবা হিগোক নাপুগী ফুরিৎ ময়াম কোয়চেন চেন্দুনা ফুতবোল শান্নে। মচুগী ইথক হৌই অশংবা নাপীগী লম্পাক্তা। মরক ম্নরক্তা নোংসু পিৎ পিৎ তারি। শান্নবদি লেপ্তে। তুশিল্লি, হৌগৎলি। চেল্লি। বোল তান্নে। কাওশিন্নে, তুশিনমিন্নে। নোং চরখৎ মরক্তা। খরা থাপ্তক উবসিদদি পেরেনা ঈশিং চাইবা মাল্লি ফুগাইনা শাৎপা লৈগী ফৈদোমদা।

হৌখিবা নুমিৎ মরি মঙানিসি নোং লেপ্তনা চুবদগী ঐ ফকচিন্দুনা লৈরুরবজাৎনি। শান্নরিবা অঙাংশিংসিদি অনম-অহা চুদে। শান্নরিবদো য়েংবদা ওন্থোক্না নুংঙাইরুরে। ঐসু অঙাং হায়ফেৎ ওল্লুজাৎনি। থায়না ইমান্নবশিংগা শান্নমিন্নবদু নীংশিংলকই।

মতাং অমদা বোলদু খা থংবা পোস্তা কাওশিল্লকপদা গোলদি চলহৌদনা থাপ্না তাখ্রে। থংনবা লোন তেনিস শান্নফমগী তারা খাজিল্লিবা মখোংদুদা তাশিনখ্রে। গোল কিপরদুনা খরা নৌতকপা শান্নবা য়াওদবদুদা খুল্লুনবা হায়বা মাল্লি বোল তাখ্রিবা মফমদু মখুৎনা থিন্দুনা তাকপা উই। পিক্তকপা অঙাংদু হৌগৎতুনা চেনচৎ চৎলি। মখোং নাম্মা শেকই। তশেংনা শোইনাইব্রাইদুদি খঙদে। খরা লাপ্লপ উবসিদদি মখোং

ওইদুনা খরা তেনবা মাল্লি। শেক্কৌ শেক্কৌ বোল খুনবা চেল্লি।

ঙাইহাক পংশান শান্নরম্বদে খরা চাউবা অমনা ময়ামদু কৌশিন্দুনা পরেং লেপহল্লি। ঙসাইমখৈ শান্নবা য়াওরমদবদুসু চংশিনখিদুনা পরেংদুই অরোইবদা লেপ্পুই।

ঐ য়েংনিংবা হেনগৎলকই। নুংঙাইবগী ইনোৎ কারকই।

পরেংদুদগী শাওং-শাদা লেঙ্গা চাবা জুরা জুরা লৌখত্তুনা কাংবু অনি থোক্লা খায়দোক্লে। অচৌবদুগী কাংবু অমগা অতোপ্পা অমগা। খায়দোক্লকপদুদা অপিকপা খোমদোন্দু মথন্তা লেমহৌই। অচৌবদুনা অতোপ্পা কাংবুদুদা কোক য়াওহল্লি। জুরা তাদ্রবসু মা অমা হেনবদা নত্রগা ৱাৎপদা কৈসু খন্থরুদবগী কৈদানি। বোল খুনবদসু কান্ননিদনা খল্লিবজাৎলা খঙনিংলকই।

মরক মরক্তা নোং অদুম খিক্লি। শান্নবদি লেপ্তে। লাউনৈ, কৌনৈ। পাস তৌ নথন্তা চেনগনু লাউই। ঐনা থৱায় তানা য়েংলিবনা নৌতকপা অঙাংদুনি। মাসু চেল্লি, চোংলি, লাউরি। ঙাইহাক লৈরগা অতোপ্পা কাংবুদুগী গোল কিপর শারম্বদু বোল তোক্কুনা চৎখ্রে। অপিকপা

অঙাংদুনা মাই মহুৎ গোল কিপর শাদুনা লৈহৌরে। চেনবা-চোংবা-কাউবদুনা হেন্না লূম্না লৌনবা মাল্লি অপিকপা অঙাংদুনা গোল কিপর ওইহৌবদুদা কৈসু খন্নখিদ্রিবদু।

নুংশা থোরক্লে। উরুম লৈমা চংখ্রে। নুমিৎ মরি মঙানি কন্দ্রবসু নোং ইরেপ লেপ্তনা তারুরগা নুংশা তরং তরং হুন্দোরক্লে। ঙরাং নহালগী চোকথরবা তাইবংপান উখিদ্রে। চোকথরবা লম্বীদা চোকথরবা খোংথাং উখিদ্রে। মখোয় মশেল ঙাংন-শকনবদু ময়েক শেংবা হেনগৎলকই। অনেম্বা চীংদা খোম্থাং য়ৈরকই। ঙরাং নুমিদাংবাইরমদি মনা য়াওদ্রবা অচৌবা উপাল অমা নোংচুপ থংবা চীংমাইদা হৈনিংদনা লেপ্পা উখি নহালমখৈ হৌদবদৌনা। চোকথরবা নুংথিলনা মমি শাম্না মখোঙ থাংজিনখি অমম্বরোমদা। নুংশা শাদোরকপসিদি অয়ুকনা হৈনিংনা মিৎকপ থোরকপা মাল্লি মঙ-কা অমত্তা মঙদনা পেন্না তুম্বুরুগা। নোং নংলুরবা উপালশিং অনৌবা ময়োল তম্লবোই নিংই। মালেমসি মরোল লোল্লকই।

শৎ শৎ তৌদুনা অচৌবগী কাংবুদুনা অতোপ্পা কাংবুদুগী মায়কৈদা গোল চনগদবগী পুশিল্লকই। অথিংবা পূম্নমক নাম্থোরক্লে। অঙাং অচৌবদুনা বোল

য়াংনা পুশিন্দুনা ইকোন কোন্না থিংনবা চার্জ তৌশিল্লক্লিবা শান্নরোইদু থৈদোক্লগা গোল তম্না কাওশিন্নবা হোৎনরি। থৈদোকপদুদা বোলদু মশাদগী খরদি লাপ্লপ চেন্থোকখ্রে। হৌজিক গোল কিপর নত্তনা কনাসু লৈত্রে। অচৌবদু য়াংনা চেনশিল্লকই। নৌতকপা গোল কিপরদুসু তেঞ্জৈমুক য়াংনা চেন্থোরকই। শাফু অনিনি। অমনা গোল চনগদবগী অমদুনা চনহৌদনবগী। হৈনা-শিংনা থাংনবা খোঙথাংনি লাইয়ুমথক্তা। অমুবা মরুশিং অঙৌবা মরুশিং। অঙাংদুনা খরা হানলপ অনিদু কাওশিন্নবদা বোলদু গোল পোস্তকী রাংমদা লাপ্না পাইথোকখ্রে।

---

# খুৎতা পাইবা য়েংগী

লৈপাকপোকপা নুমিৎনি। মমানে ঐনে ইচাশিং পুদুনা মহাবলীদা চৎলি। লম্বীদা অলু গলী মপাদা চরাং চরাং তৌনরকই। নহা অমা চেন্থোরকই নুপা খরনা তান্নদুনা। 'ফারো ফারো। সাইকল হুরানবা ফারো।' মফম মরাং খঙদনা চেনবা মচেন্নি। মীরক খায়দুনা চেনবদা তুশিল্লি। মনাক নকপদা লৈরম্বা মীয়ামদুনা, অফং অফংবনা পোপ পোপ পংফুদা ফুই। কাওই, নেৎলি। 'হাৎলুহে শালা মচাসি।' মমাই মমিৎ ইহিং নাহিং শাই। শো চবুল অমা মনাক্তা তাই। ঐগী নুপীদি য়েংবা ঙমদে। মনাক্তুদা পুলিস লৈরমদ্রবদি সাইকল হুরানবদু শিরম্বা য়াই। নত্রগা মপুন্সি চুপ্পগী শোইনাইরমগনি।

লম্বী চৎনা চৎনা ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা ইধৌ নীংশিংলকই। ঐনা ঙসি মহাভারত রামায়নগী ৱারী খরা খঙলিবসি অয়াম্বদি ইধৌনা পিক্লিঙৈদা লিবিবদগীনি। ঐনা চাওরগা লাইরিক্তে পাবদি খরদনি। য়াম্না থৱায় য়াওনা লিবি। ৱারী লিরম্বদৈ কপথোরকপা য়াওরকই। মপি তৈথোক তৈথোক্তুনা মখা লিথৈ। লাই-তিনগী ৱারীদু থৱায় য়াওনা লি। ওন্থোকপা ভক্তিনি বৈষ্ণবতুগী।

ভক্তিদুনা ওইবা তাই মহাভারত রামায়নগী ৱারী কয়া থরায় হাপ্তুনা লিবিখিবদু। ঐখোয় মশুশিংসু খুবৈ অমত্তা হায়দোক্তনা মুন্দুনা তাই। লাই-তিনগী ৱারী অঙাং ঐখোয়বু মুন্দুনা তাহল্লি। ঙসিতা খল্লি—ভক্তিদুনা নত্রদবু সিবু করম্না ঙমগদগে। অর্থ খঙদে ঐখোয় অদুবু ৱারী নুংঙাই । মুল্লি । ব্রজলীলাদদি বালকৃষ্ণনা মাখন হুরান্দুনা চাই। মাখন হুরান্দুনা নোক নোক্তুনা চাই। মাখন হাপ্পা চফু থুগাইদুনা কোৎ কোৎতুনা চাই। হুরান্দুনা চাবৈ কুম্মৈদুনি ইধৌনা লিবিখিবদু। কৈগী হুরান্দুনা চারিনো? হুরান্দনা চাবদি কৈ কাই—অসুম্না লিবিরমদে ইধৌনা। ঐখোয়সু হংনিংখিদে। মাই মচিন্দৈ মাখন হুরান্দুনা চাবগী কুম্মৈদু ঐখোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা ৱারী অমা ওইনা তাহল্লি। মমা যশোদানা মচা বালকৃষ্ণবু ৱারক্কে তান্নে অদুদগীদি ঙক্তুনা লৈ বালকৃষ্ণনা ময়া কাথোক্তুনা নোকপদা মাখন-না থল্লবা মখনাও উবদা।

ৱারীগী অর্থ খঙদে; খঙসু খঙনিংলুদে।

অর্থবুদি ঙসিসু খঙদ্রি।

মহাবলীগী হনুমান ঠাকুরগী মন্দির, মান্ধপ চংলমদাই লম্বী মতাইদা অচাপোৎ য়োনবী ময়াম পরেং পরেং পোৎফম ফমই। ঐগী নুপীনা লৈ—কবোক, হৈ-

লৈ, লফোই-লতং। করম্বা তাল্লক্তা হায়জিল্লকখিবনো খঙহৌদে য়োং অমনা লফোই লফাং অমা পোৎয়োনবী ইনেদুদৈ লাক্কুনা চেনখি অদুগা পংলাপ লাপ্তনা শেৎ শেৎতুনা চাথোকই। পোৎয়োনবীদু্‌·কন্থি থোক্লা শাওদে।

'ইহে লাকখ্রেদনা নপা য়াম্নি মচাসিনা। নোয়না খরা লাক, ঐনা খরা য়োন-সিমঙাইদনা।'

নারোলদা হুমজিন্দুনা পোৎ লাকপৈ থবকসি মহাবলীগী য়োংশিংসি পাবিনবা লৈরোই। ঙারাকপিনা ঙা লাকপমুক থুই। খঙহৌদে।

নন্দনকানন-দা নোংমা ঐখোয় হ্বাইত তাইগর য়েংবা কোয়রুই। ঐখোয়গী হেক মমাংদা মপা মচা অমসু চৎলি। মচাদুনা পেকেত্তগী অচাপোৎ লৌথোক্কুনা চা চাদুনা চৎলি । য়োংজাও অমনা তপ্না চংশিল্লক্লগা মখোং খুদুং অনিনা লেপ্লগা মখুৎ তিংথোরকই। অঙাংদুনা ইরেন পিখি। মানা পুরগা মচি অমদা তুমিন চারুই। মদুনা নন্দনকানন-দনি।

সিদনা করম্বা নারোলদা হায়জিল্লক্কুনা লাকখিবনো খঙহৌদে ঐগী ইচানুপা অতোনবা ঋষিকুমারগী মখুৎনা পাইদুনা চাজরিবা চনা তজ্খাই পেকেত্তু য়োংজাও অমনা তাপ লাক্কুনা চেনখ্রে। অনকপা

শম্বল ময়াদা পেকেত্তু শেগায়দুনা চাই। মনাক্তা লৈবা য়োংনাও খরনা চাগে চংশিল্লি। লাক্তুনা চেনগদবগী হোৎনৈ। পিজদে। ময়া খিগৎলি—খি খি কাম্মী। অচাপোৎ লাকপিখ্রবা অঙাং ওইরিবা ঐগী ইচানা ঙক্লা য়েংই। কপ্তে। করিমত্তা হায়দে।

'হোরেল হল্লমদাইদা দেদিচা-না নংগী অমুক লৈবীনি ঋষিকুমার,' ঐনা হায়।

'য়েংউনহে মসে মহাতাকুসে। অঙাংগী অচাপোৎসি লাক্তুনা চাদ্রদি মবুক য়েকপা জাৎনি। অতৈ অতৈ ময়াম অমা মনাক্তা চানিংদুনা কোইতান তান্নরিবা লাক্তুনা ফোইদুনা চানিংলিবা ময়ামসিদা খায়দুনা খিত্তসু পিজদে। য়েন্নদুনা চামিন্নবা হৈতবজাৎ ঙাক্তনি শক্তাশিংসি,' ঐগী নুপীনা শোল্লি।

---

# শরু পোলাং

ইচাগী মঙগী ৱা তারগা নীংশিংই—ঐনা পিক্লিঙৈদা ইবোতোনম্না স্কুলগী কাচিন অমদা শরু পোলাং অমা উখি। ঐ হঙ্গোইখিদে। কিসু কিখিদে। য়াম্না থিবা পোৎশক অমা ওইনা উখি। কোক্কী শরু, শরুগী মিৎকী কোম—নোক্লিব্রা কপ্লিব্রা খঙদে শরুগী অথিবা ময়াদি কাথোকই।

অয়ুক য়াহৌরকপদা পাও তাই। ঙরাং অহিং তেরোরিজমগী অচৌবা অকিবা অমা লৈখ্রে। পৃথিবী তঞ্জায় অমা লৈপাক্লা দোশি ওইনা ঈশিংনা থাও ওইনা চাক্লম্বা য়াবদগী খজিক্তদা নাম্থোকহৌরে। মপাল নাইদ্রবা মালেমসিবু কলহৌরে।

অয়ুকসিদা কয়াদা ফুগাইনা শাৎলিবনো ঐখোয়গী গম্লাগী অঙাংবা গুলাপ!

নুংঙাইতবা হায়বু অচৌবা অকিবা অমা ইরৈ লৈবসিনি। লৈপাক্লা দোশি ওইনা ঈশিংনা থাও ওইনা চাকপগী। সিননি ঐনা ঐগী ইচাই মঙদু মঙ ওইনা লৌদ্রিবা। চোইরোলদো মেতাফিজিক্স-কী তাপ লৌশিনবা ঙমদবা ৱাখল্লোন্দৌনা ফাওরিবা।

ঙরাং অহিং ঐগী ইচানা তুম্বদা কপ্লকই। মমাইবেম্মনা হৌদোক্লুনা থেম্মী। কৈদৌরে ঋষি হংই। ঐগী ইচানা হায় মা চহি ২০০০গী মতুংদা হিংলুই। মমানা হায়। হেরা অদুগী ওইরে। অদুগা কপ্লিবনা কৈগী—চহি ২০০০গী মতুংদা হিংলুরগা করিগী কপ্লিবনো। মিংকপ পুরা থোকত্রিবা ঐগী ইচানা শুং শুং কপ্তুনা হায়। পূন্নমক ইমান মান্নে। কুরাংপালদবুদি পংহোং মহোংবা। মনুং মনুংদদি হান্নে হান্ননি। হামু হামুনি।

ঙরাং নুংথিল ঐখোয় ইমুং হুপ্না ষ্টেট ম্যুজিয়ম য়েংলুই। অঙকপা পোং ময়াম অমা উরকই।

ঐগী ইচানা অঙাংনিনা তুম্বদা করি করিনো শোরি পারি উরবজাংনি। মঙওই হা-ওই ইশম শম্নদনা। ঋষিনা মিংকপ থোকপোই থোক্তবোই হায় শরু পোলাং অনি মাই মাই কাপ্তুদগী থোরক্লুনা খংনরকই। খরনা হায় করি রাহৌদগীনো খঙদে। খরনা অমুক হায় কাতুপ মচেং অমা হেঞ্জিল্লি হেঞ্জিন্দে হায়নবগীনি। ক্যুরেতরদু য়াম্না ঙকখি। মাদি ময়ামদুগীনি। ম্যুজিয়ম মপুমদুগীনি। মচেং মকায়গী নত্তে। খংনরকই কৈসু লৈতবা লম মচেং অমগী। শিবদা পুবা য়াবসু নত্তবা। শেমগংপা হৈতবা থুগাইবা হৈবা অনিদো খংনরকই। অনিদগী মীচং

নাইনদুনা পৃথিবীগী ৪শুবা লাঙ্গাও ওইরকই। খগুহৌদে মিৎনা কুপ্পদা উৎ ওল্লি তাংলবা মমল নাইদ্রবা খোমজিন্দুনা থম্লিবা পোৎ পুন্নমক। ম্যুজিয়মগী অচৌবা বিলদিংসু। ঐখোয়গী আতর গুলাপকী গম্লাসু। মীসু। শাসু। ধর্ম্মসু। বোর্দর ইস্যুজসু। পুন্নমকসু।

ঐগী ইচাই মগুসে তারুরগা ঐ খগুনিংলকই। পিক্লিঙৈদা উখিবা শরু পোলাংদুবু ঙসিসু লৈরমখিদ্রা। ঐবু মদুবু নোক্লিব্রা কপ্লিব্রা খগুবা ঙমলগদ্রা।

---

# য়েম্নিংথা চংলকপদা

শরতকী হৈনজবী অমতং হায় তারদি খোই চোপ্পনি হায় তাই। মাবু খঙবা ঐখোয় ময়ামদা হেক হংবদা চিনখুম মান্নগনি–খোই চোপ্পনি। তোর্ব্বান্দা লৈবশিংগী কৈদা খরা লৈ–ইরোইবা, ইরুপ্পা, ইল চিংবা– তোর্ব্বান শরতকী হৈনবীনা খোই চোপ্পা।

শরত পাখংমচা হাইফেৎ ফাগৎলক্লিবা ইনখৎলক্লিবা নহানি। অঙাংমক্তি নৎত্রে হায়নিংই অদুগা পাখংমকসু পুরা ফাদ্রি। নুপী থিবা ময়ুম পানবা খরা নৌমল্লি। ফাগীদি মাল্লবা শরতকী খ্বাইদগী পক্লগদবা নুপীসি লোম্হোক্তবী কনাগুম্বী ফজবী অমনা ওইনি। করিনা খোই চোপ্পগী খ্বাইদগী নক্লবা মরুপসি অচিকপনি। মনাক্তা চক চক ঙাংবিরুদবা। ঙা তাম্হোকপিরুদবা।

তুরেল ফিবাল নক্লা তুরেল-লোমদা ঙামথদুনা হৌবা হৈবোং পাম্বী অমা লৈ। মানা খ্বাইদগী খোয়দাজবসি মফমসিনি! নুংশাদা উরুমসু ওইনৈ। মরক মরক্তসু মানা ঙাথদুনা হেক হেক ফম্মী। অপাকপা অতিয়াদা উমাইবীনা মশা খপ্তনা কোইনা পাইবদু য়েংই।

মনাক্তুদা মানা শন্থি চাইথোক্কুনা থম্মী। তিপ্তোক ইনহল্লি। খোইচাক ওইনবা। ককচেং মরুমসু কৌতা অমদা হেক হেক পুরকই। চেঙ্কুপ অঙৌবা চাইথোক্কুনা ঙাশেপ য়াম্না ফাই।

মরৈকাইগী তুরেলদা কুমগনবা মী পূম্নমক মানা খংই। মাদৌনা খোই চোপকনবা, য়াংনা ইরোইবা হৈবা, কুইনা ইরুপ্পা ঙম্বা মানা লোইনা খঙই। মখোয়না কুম্বগী মতমফাও চাওরাকনা খঙই। য়েংলুদ্রসু খোংথাংদা শউমদা খঙই।

ঙসিদি মা মীনৌ অমা তুরেলদা ইরোইজবা উই। মীনৌ হায়দি নহালমখৈ উদবা হায়বনি। মানা খঙদবা মীদি নত্তে। নহালমখৈ উদবগী রানি। মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা লুহোংখিবী মরৈকাইগী মমাং লৈরক্কী ইচে মেনকানি। উম ইচে মেনকা ইচে মেনকা। মচা পোক্তে তাখি—কুইদ্রি, খাইনদুনা ময়ুমদা হল্লক্কুনা লৈরবা। মৌ নহানি। মমান্নবী লৈশাদুনা লৈনরি; মানা ঙন্না ময়ুম পানলুবনি। তৌবদি ময়ুম পানখিবদু পংকুই কুইবদি নৎত্রিদা। শরতনা অঙাং ওইরিঙৈদা হায়জ রানি জ্ত্যান্দি তারবনি। হৌজিকসুনি। পাখংমচামক ফাবাত্রিবা মতাংনি। পুর্ণিমা য়ৌদ্রিবা থাজনি।

ফনা লাপ্পা ইরোইজরম্বনি কৌন-ঙাংনা তানবা মফম্বুদি ওইরসু। ইপোম হৌদনা কাইদা কাইদা ইরোইরক্লগা শরতনা খোই চোপ্লিবা অদুৱাইফাও নকশিল্লকই। ইকোই কোইদনা হায়রকই,

'হৈমা শরতসিদি পাখং ফারম্লেনা। খোই চোপ্পদি হৌজিকফাও তোক্লমদ্রি।'

শরত তুমিন্না লৈ। ঙকচানদুনা খুমদে। ইঙক ঙকই নহালমখৈ ফনা কুইনা উরুদবগী। অদুগা কৈগীনো মথৌ ইরৈ লৈতনা শ্বাইদা ইরোইদুনা শান্নররিসিনা। অতৈ মপা ইরৈ লৈত্রগুম্লদনা। খোইজোপ্পা লাইনিংবদো শাওবুদি শাওদেদা মচে মেনকা উবদা।

'ঙাবু ফাব্রনে? করি ঙাবু ফাবগে?' মখা তারকই।

'ফাদেদা ইচে। সুম নুংঙাইদুনা চোপ্পনি।' হন্দক্তি খুম্মী।

খরা নকশিল্লকপদুদি উরে ইচে মেনকানা ইরোইবদু য়াম্না ফজে। অচোৎপা ফিনা মশাদা তপ নপ্পদুনা হকচাং কয়াৎকী মওং মরিল ফন ফন চোংথোকই। ফি পক্তবা মরেংজুম, মশল য়াওদবা ঙৌশোক ঙৌবা মতুম তাবা পাম্বোম–মোং হাদনা

ইরোইবগী অপিকপা ইপোম মরক্তুদা ফজৈ ফজৈ, ওখাক ফজৈ। মপা লৈতে পারৈতে। শরত্তু নহালমখৈ অমুক্তা উজবা ফংদ্রিবা নোংফাদোক রাখলগী ফিজংদগাদি মমি হাইফেৎ তাবা মূর্ত্তি অমা মমাংদা শং শং উবদা ইথক থক্কথলি। ইঙাও ঙাওই। য়েংদি য়াম্না য়েংনিংই। য়েংবদি ইকাইজৈ। অকনবা শাফু অমা আ মনুংদগী ইনখৎলকই। মমাই-মনাক্যদু ফোং ফোং শাগৎলকই। রা ঙাংবিরক্কদ্রা কিজৈ। মখোল নিকদ্রা পাখথলি। হুরান হুরান য়েংই। য়েংবদি মালহন্দনা। ঙা খগুবা খোয়জৈ হাইগত্তুনা শান্নে। খোইচাক শিন্দোকই। মশাদো লেং ওৎলগা খরা শাফৈ। মমিৎ-মনাসু খরা ওলহৌবা। নত্রদি আ থরাই ময়োলদা শাজৈ থারকই; হায়ফম খঙদবা চৈনাখোল খাংবা ঙমদে। খোইজোপ্পা লাইনিংবদু তুরেল মপান্দা লাইনা লেপ্লৌ লৌরে। নুপামচাদু ইকাইমনখ্রদুনা নুপামচাদুম মান্দ্রে।

ইচে মেনকাদুনা নুপী পীদা অমনি। সংসারসিবু খরা কোইদনা, শম্বল অমা খাদনা লোইনরবা কৈদানি। থৌরা ইশা শাদনা ইরোইদুনা অমুক লাপথোকখ্রে। মনিং ওনশিন্দুনা নুপীদুনা ইরোইখিবদুদা নুপাদু নে তাই। নিংদু, য়াংলেনগী অকুৎপদু ওহ্নোকনা ফজৈ। মতিল কুৎ কুৎ য়োত্তুনা থরায় তানা দর্শন তৌজৈ। ঈশিং ঈপোম্না মশাদা নান্থবিদুনা চেন্থবা মাল্লি।

নুপী হায়বসে খুৎশেমগী ফজরবা পোৎশক অমনি। মপুং ফারবা। চুং ফিরাল চারবা, উচল চানা চল্লবা মূর্ত্তিনি। মশক্কা মঙালগা য়েংনবদা অমনা হেন্দে। অমনা ৱাত্তে। শরত-তো নুপা ওইবনরা খঙদে নুপা হায়বসে ফজৈ খন্থরুদে।

ইচে মেনকা ইরুবা লোইদুনা তপ্পা তপ্পা তুরেল লৈরাই অঙম্বদু কাখৎখ্রে। ইরুরুবগী অচোৎপা ফিদুনা মশাদা ঙাথু থেংথুরি। তারকপা ঈশিং মরিকনা ঙৌশোক ঙৌবা অশাংবা খুবোমদা মরি মরি চেন্থরি। মমাইনা ময়েক শেংলবা নুমিৎলোমদা ওন্দুনা মনিংনা নুপামচারোমদা ওন্থোক্লুনা মশা তৈথোক্লুনা অপাবা অচোৎপা ফিদু হোংদোকনবা হোৎনখ্রে। ইতিং তিংনা। করিমত্তা নাচুংদনা। তাইবংপান্দা মা নত্তবা অতৈসু হিংলি খন্থদনা। মশাই মশক মশানা উজদনা।

সোমদনা নুপা অমা য়েংবা ঙমদনা তুরেল ইচেল তুমিন য়েংদুনা লৈখ্রে। স্বর হোনবফাও নুংশামপী ওইগদ্রা পাখৎলে।

মিৎকপ খংথোক থোকই শরত্তু। অহিং নোংয়াই য়ৌরম্লগনি। মমঙদা শগোল তোংদুনা শাম্নরম্মী। মশাদা য়াম্না নুংঙাইবা অমা ফোং ফোং শানা ফাওরকপগা ইরোইননা মিৎকপ খংথোক থোকই।

থাবল মঙাল উবদা হৌগৎলি। থোংনাওদা লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা অহিংগী অতিয়াদা থাজনা ইরং লংনা ঙাল্লি।

---

# ফাদোক

ইরাল অমৈ হৈরাংখোইনা চিন্দমদ্রিঙৈ আ মমাংগী। হৈরাংখোইনা চিন্দমদ্রিঙৈ আ মমাংগী। হৈরাংখোইনা চিন্দমদ্রিঙৈ আ মমাংগী। ইরাল অমৈ। আ মমাংগী। ইরাল।

থায়না থায়না মমাংঙৈ। থায়না থায়না মমাংঙৈগী। আ থায়না মমাংঙৈগী। অকাওবৈ লৈরোলনুংদা খমুং সরা তানখ্রবা

ইরাল অমৈ

চৈরাক্লি। ঐনা শিদ্রিবসি। অসুম অসুম হিংদুনা লৈরিবসি। অসুম অসুম। ঐ হিংলিবসি মতমচুপ্পে। মতমচুপ্পা ঐ। ঐ অদুদগী ঐ। ঐ।

ঐ।

অয়ুক্কী নাপদা পোমজবী লৈরাং। তরামরিনি পানবৈ থাজনি। থাজনি থাজনি তরামরিনি পানবৈ। মালেম লৈশাদা তিনখিবা অশাংপা লৈরাংনা কেম্লগা। ঐগীদি নত্তে ঐগীদি।

ঐগীদি নত্তে।

শিবা নাইবা। শিবৈ মোমোন মীনোক। তরামরিনি পানবৈ থাজ। শিবা নাইদ্রবা ঐ। মতম চুপ্লে ওইনা হিংবৈ চৈরাক। নোংজুথাই থাশি অহিং।

তরামরিনি পানবা থাজ ময়াম অমনা অতিয়া মকোয়সি লৈতেংলি। থরানমিচাক পরেংগী লিকফাং শিরদুনা। তগুপ তরেং। তগুপ তরেং অতিয়া মকোয়সি। পোক্লদুনা শিরদুনা। পোক্লদুনা শিরদুনা। রাশী লৈনা।

ঈশিং ঈশিং ঈশিং। মায়কৈ তরা শন্না। ঈরাক্লরে ইকা পাইদুনা য়ান্ননিংদে। ঈশিং য়াউম অমত্তং থক্লিংই। ঐগী থরায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক অরাম খৌরাংই। ঈশিং য়াউম অমতং। সুপ্নগী ঈশিং য়াউম অমতং। সুপ্নগী।

চাক চখোম অমত্তং।

করি ইরালগীনো। অসুপ কুইরববু। নীংশিংবা ঙমলক্কে নোংঙাল্লমদাই মঙগুম। মতম্মা কোকপিদ্রবা করি ইরালনো।

ঈশিং য়াউম অমতং। চাক চখোম অমত্তং।

থক্তা খাদা য়েত্তা ওইদা। হৈবোং চরোং চরোং। থক্তা খাদা চরোং চরোং। য়েত্তা ওইদা চরোং চরোং।

হৈবোং চরোং অমতংদি থাদবিরকউদনা, হে থাবুংতোন। করি মৈচাক্লো। চাক চখোম অমতং। ঈশিং য়াউম অমতং।

সুপ্নগী

---

# লাংতক্করবা যুগ

লাল বহাদুর শাস্ত্রী নেসনেল স্কুল অফ এদমিনিসত্রেসন-দা ত্রেনিং কোর্স অনিরক য়াওবগী থা খরা মসূরীদা লৈরুই। মতম কান্ননা শিনবা কোর্সনি; নকশিন্নদে। খোংচৎ অনিমক্তা ঐগী মরুপ অনি দিলিপ অমদি লক্ষ্মীকুমারগা ঐগা ঐখোয় অহুম হেক হেক পুনলি । ত্রেনিং মনুংগী নীংশিংনিঙাই অমনা নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী ঐখোয় অহুম হৌনদুনা পুন্না খোংনা ৱোকিং কিলোমিতর তরা হেন্না চৎমিন্নে। নোং তাবা নুমিৎতফাও তাঞ্জা য়েংলগা ঙাইহাক্তংদা ওইরবসু চৎহৌনবা হোৎনমিন্নে। মসূরীগী পিক্লবা চীং লম্বীদুদা ঙাইহাক্তংদা ওইরবসু চৎথোকহৌদ্রদি কৈনোমা ইৱাৎ ৱাৎপদৌনা ফাওই। নোংমদি লম্বীদা নোং তারক্তুনা দুকান অমদা থুপমিন্নরগা খরা পাথরকপদা চেন্না চেন্না হনমিন্নরকই। নোংমনা ছাতিন অমমম লৈরগা তুপ্তুনা হল্লকই।

নুমিৎতু ছুটিনি। নুমিদাংৱাইরম ৱোকিং চৎলিঙৈদা পুং তরুক মখায়মুক তারকপদা ইশেন নুপানা মোবাইলদা পাও পিরকই। ইবাই, ইমাশি হৌজিক ওতি-দা পুশিনখ্রে। ওপরেসনসি পুং অমা মখাইমুক চংগনি হায়। হোরেল অমুক পাও পিরক্কে।

ঐনা ট্রেনিং চৎলমদাইদা ইমা নাহৌই। ওপরেসন অমা তৌনবা লেপ্লহৌরবনি। নুংতিগী পাও ফংই। ইমাগসু ৱারী শাই। খঙই হোসপিতালদা লৈখ্রে। ওপরেসনগী নুমিৎ লেপখ্রে। কৈসু লৈতবা ওপরেসন-নি। নিংকোক-নিংকোক্তি তৌই। য়ুমদা লৈজদুনা অনাবা সেবা তৌজরবদিকো খল্লি।

অয়ুক্তু রুম সার্বিসকী নুপামচাদু লাকপদা ঐনা হায়। ঐগী ইমাদু কন্না নারে। ঙসি ওপরেসন তৌগদবনি। মোমপাক ফিদক, মোংখুম অশুবা শিন্দোকউ। হায়বা ইল্লবা নুপামচাদুনা হোয় হায়দুনা শিন্দোক্লম্মী। কা, তোইলেত-ফাও খরা পূক্লিং চংনা শিৎতোক চামথোক্লম্বা মাল্লি। নুংতিদগী হেন্না থৱায় য়াওনা। ঐগী ৱাখলনরা হায়দুদি খঙদ্রে। পূক্লিং হকচাং তনান্না লৈনিংই নুমিৎতু। লনচ লোইরগা হল্লকপদা হোস্তেল ময়াদগী লৈ খরা হেক্লকই। দিলিপ-কা হোস্তেল্লোমদা হনমিন্নরকপনি। মা য়াওবদুদা লৈ হেকপদু হায়ফেৎ ইকাইবদৌনা তৌই। ঐগী পূক্লিং খংবা ইতাওদুনা হায়। হেকউ হেকউ। মাসু খঙই ঙসি ইমাগী ওপরেসন-নি

রোকিং হঞ্জিল্লক্লগা ঐগী কাগী মচি অমা খুৎনা ৱাই মচেৎ অমা তৈথোক্তুনা লৈশিংদু লৈ মনা অমদা

হাপ্তুনা মচি অমদা থম্লে। আগরবতী মচৈ অমসু চুখৎলে। মৈ থানগৎলবা মোমবতি মচৈদু লৈমাইদা· য়ুংবদা তুরকই । শ্বাই লাওই। মিৎ চোংলবোই নিংলকই। মোমবতি মথি খরা য়াম্না তাহন্দুনা চেকশিন্না য়ুংই । ধর্ম্মদা ঐগী থোইদোকপা ৱাখল্লোন লৈতে। লাইশোলসু অমত্তা ফাদে। খল্লি পুকনিংদা নিংজরগা লোইরে।

দিনর লোইরবা মতুং পুং নিপালমখায় অদুৱাইফাও য়ুমদগী পাও ফংদে। নোংসু কন্না তাথরক্লে। ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরগা মোবাইল ওন তৌরু খুদিং নো নেতৱার্ক কভরেজ হায়দুনা লৈরে। থংনবা কাদা লক্ষ্মীগীদা চত্তুনা হংলুই। মাসু ফংলমদে ।

করম তৌনি।

ঐগী ইমাগী ওপরেসনদুবু লোইররিদ্রা। মাই পাকনা লোইররিদ্রা। ইমাদুবু জ্ঞান লাক্লরিদ্রা। করিগীনো ঙসিসিদা হৌজিকসিদা নোং অসুক কন্না তারিসিবু। নেতৱার্ক অমত্তা ফংদ্রিসিবু।

করিগীনো ঙসি নুমিৎসিদা ঐগী পূক্লিংসিনা অসুক পিক্লিবসিনা। তয়াং তশোইরিবসিনা । লাই নিংনিংলিবসিনা, লাইশোল শোন্নিংলিবসিনা।

তপথৌ পূক্লিং তপথৌ। ঐ খংই ঐগী ইমাদু কৈসু তৌরম্লোই।

নো নেতৱার্ক কভরেজ।

খঙনিংবা অমা লৈরিবসি। তাংদাংবা অমা। অশেংবা অমা। কৈনো নিংকোক নিংকোকপা অমা লৈরিসি লাই লৈত্রবা মতমসিদা পোক্লুবস্নিগীরা।

ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা ইধৌহোয়দুদি ৱাদনা হিংখি। ৱাদনা পানখিবা মাল্লিদা। ৱাদবা হায়দি। হায়দি। বৈষ্ণবতুগীদি লাই লৈ। অহিংবা লাই অমা লৈ। তর্ক চংদে। থাজবনি। থোকইবা পূম্নমক মাই খুৎশিন্নি। লেংলি-পাল্লিবা পূম্নমক মাই খূৎশেম্নি। অসুম্না পুক্সিবু ফিগাও শানা ওকই। অৱাববু ওইরসু। নুংঙাইববু ওইরসু! পুম্নমক তৌরুবা থবক্কী মহৈনি অসুম্না খন্দোকপা ঙম্বা মাল্লি। পেন্থোকপা মাল্লি। অদুনা ৱাখিদে হায় তাই। ইচা পোক্লদি ইচা য়োকপা তাই। মহৈ তম্বীবা তাই। সিদমুক নুংনাংলুবগী কৈ মথৌ লৈবগে। হিংববু খৌরী চরম মেৎপৈ কৈদা লৈখিদবা মাল্লিদা। ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা ইধৌদুদি। বৈষ্ণবতুদি।

ৱারিবসি, লাই লৈরম্মী। হৌজিক্তি লৈত্রে নত্রগা থুপখ্রে । সিনা নত্রা। লৈবা লৈতবা নত্রগা থুপখিবৈ

ঝাহং অমা ফাওগৎলক্লিবসি, ঈরুপ্পুরগা ফাওগৎলকপগুম ফাওগৎলক্লিবসি, যুগসিগী ঈশিং নুংশিৎনরা। অঙাং ওইরিঙৈ তুরেল ইরোইদুনা শান্নবদা কুইনা ইরুপ্পা তান্নবদা স্বর লোইশিল্লক্কুনা ঈরোলনুংদৈ ঈমাইদা থুনা য়ৌনিংলকপদা য়ৌদবদো। ইস পাক য়ৌদবদো। লৈবা লৈতবসি লাই-তিনগী ঝাফম ওইরক্লব্রা। ইয়াং য়াংনা। কৈসু লৈতনা। লাই-তিনগী ঝা ওইনা।

মীনা লাই শেম্বরা। লাই লৈতবা সংসারসিদা লাই অমা শেমদুনা লৈহনবরা। হিংবৈ শরুক অমা ওইনা। হিংববু ঝাশী হাপ্পবা। চিম্বাল ময়াদা শমক্র নমদুনা।

ঐগী তুম্বা য়াদবিদু হৌদৌরে। য়াররোই। কান্নদে। তিভিদুম য়েংদুনা লৈগে। তুম্নিংলক্লগা তুম্লগা লোইরে।

ইমাই ওপরেসনদুবু।

নো নেতঝার্ক কভরেজ।

ইশা কোমথোক্লবৈ। হিংবদা নুংঙাইনবৈ লাই লৈবদি নত্তে। মশ্বাইসিদি ঐগী ঝাখলগী মখা পোল্লি। কৈগুম্বা লাই লৈরদি ঐতগীদি নত্তে। ময়ামগীনি।

পূন্নমক্কী ওইবা তাই। অদু ওইরবদি ঐগী ৱাকৎ মচা মচাসি থাঙ্গৎফম থোক্লিব্রা। থোক্কে। খঙবিফমসু থোক্কে। খঙবিরবদি মা লাই ওইদ্রে। মীয়ামগী ওইদ্রে। ঐবু খঙবিবা মচানি মনাওনি খনবিবা লাইবক কদাইদৈ লৈগদগে। লৈসু লৈতে।

কান্নদবা ৱাখলনি ঐনা খল্লিবসি। তুম্বা থিন্নবনি। তুম্বা য়াদনবনি। অদুবু কৈগীনো হৌজিকফাও পাও ফাওনবা ঙমদ্রিবসিবু। নোং অসুক কন্না তারিসিবু। হৌজিকসিদা। কৈগুম্বা ফত্তবা থৌদোক অমা লৈরে তাক্লিব্রা। ঈঙ্গিৎ অমা পিরিব্রা।

নোংনা তারিবা মতা নুংশিৎনা শিথলিবা মশিং ঐনা খঙদবা ৱারোল অমা হায়রিবজাৎলা। মহৌশাই খুৎশেমগী পোৎলমশিংগা ঐগা লৈনবা মরী ঐনা খঙদবজাৎলা। ঐনা থাংগদবা খোংথাং ঐনা থেংনগদবা থৌদোক ঐনা তাগদবা নুংঙাইতবা পাও (ইমাই ওপরেসন্দুবু মঙ্গল ওইদ্রবজাৎলা)– প্রকৃতিগী মরোলসি ঐনা খঙদবৈ ৱারা। নোং নুংশিৎ অসুক কন্না শিত্তুনা ঐনা য়ুমগা পাও ফাওনবা ঙমদ্রিবসি ইমাদুবু ফত্ত-নুংদা থোক্লজাৎলা। নোং ঙাম্দ্রবা অহিংসিদা।

নো নেতৱার্ক কভরেজ।

পুমচিক চিক্লবা অমম্বসিদা অহিংসিদা মায়কৈ পূম্নমক পুমহাং হাংই। ঐ ইথন্তা। ঐ ইথন্তা। ঐ ইথন্তা নাইতোম তাবৈ তয়াং তশোইবা অমা কন্না ফাওরি। অহিংসি তরক তরকপা অহিং অমা ওইনা নীংশিংগদবা মাল্লি ঐ। পুক্সিচুপ্পা। কৈনো নিংকোক নিংকোকপা অমা খৌরী চরম ফুনবা অমা কন্না তৌরি। থুম্লবা তাইবং মীনিল নোংলকসিদা খোন্থাং য়েদে । নোং খাকপগী স্বর মপীসিদা মীগা মীগা মরী লৈনদুনা হিংমিন্নবৈ নুংঙাইবা য়াওদে । চিকখ্রে অমম্বসি। অহিংসিদা ইথন্তসিদা তাইবংপানসি ওন্থোক্লা কিখ্রবা থিখ্রবা হিংচাবা মাল্লি।

ঐগী ইমাগী পাওসিবু ইফংমক মফংলরোইদ্রা। নোং কন্না তাদুনা মোবাইল ফোনফাও ফাওনবা ঙমদ্রিবসিবু মিৎকুপসিদা, ঙসি নুমিৎসিদা, পুক্সিগী অচৌবা কায়নবৈ ঈঙ্গিৎলা । ইমাই অরোইবদু ঙসিসি ওইরজাৎলা। কৈগীনো ঙসাই মোমবতিদু হেক য়ুংবগা তুরক্লিদুনা । মৈরিফাও তনিক তনিকখি ।

ঐনা মফমসিদা ষ্টেট তরুক/তরেৎ লান্দুনা লাক্লিসি লাক্লমদ্রদি। ত্রেনিংসি মথংগী বেতচ-তা য়াওরম্লবদি ঙসি ঐ য়ুমদা লৈরমগনি। য়ুমদা লৈরম্লবদি ইমাই অনাবৈ সেবা তৌরমগনি। মাইল লিশিং লিশিং

লাপ্পা মফমসিদৈ নুংনাংলম্লিবসি নুংনাংলম্লোই। ঐ শোয়দনা মনাক্তা লৈরমগনি। অদু ঐ অমা মনাক্তা লৈরগা করি তৌববু ঙমগদগে। থোক্কদবা লৈরববু থোকহন্দবা ঙমগদ্রা। ইতিহাসপু মমাই লৈথোকপা য়াগদ্রা। মমা কয়া মচাশিংগী মমাংমক্তদা শিনবা কোঙ্গায়নি। শিবৈ মতম লাক্লবদা কনানা য়ৈথোকপা ঙমগনি। ঐ মনাক্তা লৈরগসু কনবা য়ারোইদবদা হৌজিক অহিংসিদা পাও ফাওনবা ঙমদবগীদমক লাংতক্লদুনা করি কান্নরিবগে। তুম্বা য়াদনবা। হয়েং ইশা ৱানবা।

করি থোক্লিগদগে। ইমাদুবু।

নো নেতৱার্ক কভরেজ।

থেংজিল্লক্লে অহিংসি। নোংসু লেপত্রি। অমম্বসু মিৎকপ থোক্তি। অরোইবা ওইনা অমুক্তংগা য়েংখিগে। ওন্থোকপা হায়দুনিকো।

ঐগী ইমাদুবু করি থোক্লিগবা।

---

# মঙালগী অমম্বা

উমংসিদা, পিক্লবা উমংসিগী অতিয়াদা হৌজিক্তি নুমিৎ অনি থোকই। নুমিৎ অনি থোকপনিনা অহিং হায়বমা লৈত্রে শারৈবাকসিদা। অহিং হায়বমা লৈত্রবনিনা পোৎথানিংঙাই মতম লৈতে। সিনা শারৈবাকসি, উমং মচাসিদা খুন্দারিবা শায়ামসি ৱাবনা হা-কার লাওরে।

নুমিৎ অনিসি ঈশিংগা থাওগনি। নুংশিনদে। অচেংবা ঙাইদুনা লৈনে। অঙম তান্নে।

হান্নদি অসুম্না তৌরমদে। কৈগীনো তাংদাংবা খঙদবা জাৎ জাৎ য়াম্না উরে হৌজিক্তি। লৈঙাক্লোনগী ৱাখল্লোন মান্নদবৈ ৱা ওইনা তৌই। শেল-থুমগী খল মান্নদবৈ মওং ওইনসু তৌই নুমিৎ অনিমক্না ৱাবিরিবসি।

উংখৎনরিবসি ধর্ম্মগী ৱা ওইনসু তৌই। ধর্ম্ম হায়সি মফমসিদদি ইচম চম্বা পোৎশক্নি। শা পূম্নমক অমতনি। অমগা অমগা নুংশিনৌ। অতোপ্পে পোৎ হুরানগনু। অসিনচিংবা ইচম চম্বা ৱাফম্নি। অচুম্বা ঙাক্তনি। অফবা ঙাক্তনি। ৱাকায় য়াওদে। মানা মানা চৎনিংবা নত্রগা মাই মাই পোকফম চাফমগী তুংইনবা ধর্ম্মদু চৎচবা শারৈবাকসিগী কনস্তিত্যুসন-না য়াই। অদুবু

ধর্ম্মগী ব্রা ওইনা তৌই নুমিৎ অনিনা উনবা য়াদ্রিবসি। ঐগী ধর্ম্ম নত্তবা অতৈ ধর্ম্ম শকখঙদবৈ কৈদাসিদৈ মাল্লি অনিসিনা নুংশিনদ্রিসি।

অখং-অহে খরনা হায় শারৈবাকসিগী শাসি যুগ কয়াই মমাংদা লৈরম্বা মী কৌবা জীবদুনা ওল্লকপনি। খেন্নবা হায়বু মী কৌবা জীবদুদি মীনুংশি চেল্লি। মীনা ওনবা শাদি শানুংশি মচেৎ অমত্তা পক্তে। ঐনা ঐনা চৎলি লম্বীসিদৈ হেন্না অতোপ্পা অমা উবা ঙমদে।

থায়নদি নুমিৎ অমখক্তমক থোক্লম্মী। ওলিব গ্রীন শেৎপা লাম্মী তেঙ্গোল অমখক্তমক লৈরম্মী। শারৈবাকসিগী ঙমখৈ ঙাক্লবা। হুরান-চিন্থি য়েংশিন্নবা। হৌজিক্তি অনি শুরে। ফিমু শেৎপা মমাই খুম্বা শকউদবা লাম্মী তেঙ্গোল অমসু লৈরে। অনিশুবা নুমিৎনা লিংখৎপনি। নোংপোক থোং হাংদুনবু চংলকপ্রা— অহানবগীসিনা নোংচুপ হারম্লোমদগীরা খঙদে— অনিসি তিন্নবা য়াদে।

উমংসি, পিক্লবা উমং মচাসি হৌজিক্তি শক্তি অনিগী লাম্থেংনফম ওইরে। উমংসে উমংগুমদ্রে। মতা-মা তৌরে।

গোল মুহর অঙাংবা চরোং চরোং কেল্লি মনুং মতম চাদনা শারৈবাক্তা। নোং নুংশিৎ শিৎখ্রবা অহিংগী অয়ুক্তা লম্বী নাক য়েৎ অনিমক্তা হৌবা গোল মুহর চরোং চরোং কেল্লম্বগুম তাইবংমীগী লম্বী-সড়ক্তা, অয়ুক্কী পাও-চেগী চেবাংথক্তা। হেদ লাইন্দা, এদিতরিয়েলদা, এদিতরদা পিরকপা চিঠিদা। ঈ-গুম ঙাংশং ঙাংনা মপাক মপাক। কৈসু লৈতনা। তৌবৈদি পুম্সিসি কৈসু নত্তে। চিঞ্জাক থিবা চৎখিবদা নুমিৎ অনি খৎনবগী হায়দোরকপা তেন্না পান্দুনা শিবা অঙকপা নত্তে। ঙসি হয়েং খঙদে। শিথ্রগা মতু-মচানা লুপা খরগী ক্ষেতিপুরোন ফংই। পুম্সিগী মমল লুপা খরতনি।

হৌজিক্তি শাশিংসি পংশিদা শিনরে। লাইনা-তিন্নাদে শিবদি হৌজিক্তি লেম্নদ্রে। চৎনদ্রে। হাৎতোক্লদুনা ঙম্না শিনরে। হৌজিক্তি চিন কাংথোকপা য়াদ্রে। চিন কাংথোক্লবদি হাৎতোকপিগনি। হাৎপা হায়বসি কৈসু লৈতবা থবক্নি। তাইবংমীনা কাং হাৎপমুক লাই।

অতিয়াদা উচেক্কুম পাইরিবা এরোপ্লেন খঙহৌদনা কাইগনি। সমুদ্রদা তাগনি। অহৌবা মখোল অমগা লোইননা। তোংলিবা মী পূম্নমক শিগনি। সিনেমা য়েংলিবা ভাবোক খরনা শিগনি, খরনা অশোক-অপন

নংগনি। অহৌবা মখোল অমগা লোইননা। অসিগুম্বা তাইবংমীগী সভ্যতাদদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক ঙাক্তা থোক্লে শারৈবাক্তা। নুংঙাইত্রে। হিংনিংদ্রে। শা ওইনা পান্নিংদ্রে।

ফিভমসিদা চম্লবা শা অমদি য়াম্না ৱারে। মাদি হৈনদবনা লোইরে। মাদি ইচম চমজবনি। মতু-মচা নিংজখ্রবা শানি। অনকপা অরাপ্পা উপালদৈ উহৈ থিদুনা উহৈ হেক্কুনা মখোয় ময়াম চামিন্নজবা। তুরেলদা কুমদুনা ঈশিং থকমিন্নবা। পিক্লিবা মচাশিংবু শরাক তম্বিবা। মকোল লিংদুনা নুংঙাইনা পাঞ্জনিংবা মপানি। শান্তিদা হিংজনিংই। শান্তি ওঁ শান্তি।

অসুম্না অসুম লৈবসি মা য়াম্না নুংঙাইত্রে। সিদৈ হেন্না নুংঙাইতবা লৈত্রে। মশিঙ্গা ফুদোকপা য়াদবসি হৈনরক্তে। হিংলুবগী করি কান্নরি খল্লকলে। হেনমনখ্রে সিদি। ঐবু ঐ নত্তবদৌনা। নুমিৎ অনিমক অতিয়া মকোয়দৈ তেন্না কাপথবা তাই। নহাদে শা ঐদে।

ৱামনখ্রদুনা মা তুম্মী— ৱাওরি ৱাওরি তুম্মী নুমিৎ অনিগী মৈশারক্তা। মঙ মঙই। শাবু মঙ মঙদে কনানা হায়জিল্লিনো।

মাই মমঙদা মাসি কনানো মাই মপা-মপু অমনা থায়না নুমিৎ কাপ্নবা তেন শানবৈ ব্না থিবা চৎলি হায়বদৌনা চৎলি। কদাইদনো অরাংবা চীংদোল অমা তম্নিনি। চীংদোল য়ৌদ্রিঙৈদা খোঞ্জেল অমা তারকই। অহানবদা তপ্না অদৈদি লূম্না। খোঞ্জেলদুনা তাকপিরকই— নংনা লাক্লিবদুই মরম ঐ খঙই। নংনা হায়দ্রসু। কান্নরোই হল্লো। হৌজিক্তি নুমিৎ কাপ্নবা তেন শানবা ব্না হৌদ্রে। অদুই শরুক নং লাম্মী তেঙ্গোল অমমুক শেমগৎলু। নংগুম্বা ময়াম অমৈ। নুমিৎ অনিগী মৈশাদা খুইথরবা লৈ ময়াম অমৈ। লৈগী লাম্মী তেঙ্গোল অমা শেমগৎলু, য়োকখৎলু। পুয়াদা হায়রম্বা ব্নানি তেঙ্গোল অহুম থোক্কনি। অনৌবা তেঙ্গোলসিগী ফিজোলদি।

মিৎকপ থোকপনা হান্দুনা অনৌবা লাম্মী তেঙ্গোলগী ফিজোলগী মচু মা খঙহৌদ্রে।

---

# অনৌবা নাওশুম ইশৈ

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি। ঐগী মরুপ উদে। থরানমিচাকফাও থোক্তে। ঐগী মরুপ নংসে উমন্দুনা অসুম অসুম উমন্দুনা সুংউবু উদ্রবনি। উদ্রসু উনিংই। করি অহিংনো হাকমল্লি। মকু খোংদে। শেকপি পাইদে।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

নোংমনা নংসে ঐগী পিক্লবা থোংনাওদগী নমাই মকা লামদনা উখি। নশা নুংঙাইতনা। ঐগুম্না। নেশা পাল্লিবসি নংলা ঐরা খঙদে। মিহুল অমতনি হুল্লিবা নংগী ঐগী অমত্তা ওইবা হকচাংদা।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

নুংশি রারী অমা লৈরম্মী ঐগী। নায়িকাদু মানা খোয়দাজবা নুপা অমদা লুহোংখি। রাফমদো ঐগী মরুপ অমনা পাও তম্লমখি চৎনা চৎনা নুমিদাংরাইরম অমদা। নুমিদাংরাইরমদুনা চৈখৈ চিংখি ঐগী মথোৎ কারকপগী রারীদো। মখাক লৈহৌবমাল্লে ঐ হায়ফেৎ নুংঙাইখিদে। মতাং চাদনা লোইখিবদা, লোইহন্নিংদনা লোইখিবদা ঐ নুংঙাইখিদে। ঐ হায়ফেৎ নুংঙাইখিদে।

য়ুমদা অহিংদুদা ঐবু খঙবিবা নংতদ্দি লৈরম্মী। থাবল অৱাওবা মরক্তা। চিক্না। নপাং কনা য়াওদনা। নিম মচুগী ইপাক্তা। থৱায় য়াওদনা নোক্তুনা। হেরা, পুন্সিবু সিনা মরোইরৱনে।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

মখোয়না হায় নংসে পৃথিবী কৌবা গ্রহসিগী উপগ্রহনি।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

নংগী লৈমাইদা অহানবা ওইনা নমু তাইবংমী অনি খোঙদাখি। বিজ্ঞ্যান-না খুমাং চাওশিনবগী তাইবংমীগী সভ্যতাগী ফিরাল য়ুংখি। গ্রহ অসিবু উখি উপগ্রহদুদে। ঐগী ঐগী ইরৈবাক্কী ঙমখৈগী ৱাথোক-লাহোক্কাসি নোক্লিংনা উখি। তৌনরিসি গ্রহসিদা অমগী অমগী। নুংশি ৱারীগী। ঙমখৈগী ৱাথোক-লাহোক্কী। নংদি নোক্লিংলিবোই তুমিন্না। নহালমখে ঙাংথোক্তনা।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

নোক্লচাউবা ঐসে ঙসিদি নকাদা মায়থিরে। ওইদবা ঙাংবসি ইকাইরে। মিৎকুপসিমত্তংদা ওইরসু অচুম্বা ৱাহে অমতদি হায়রগে। ওইদ-পাদবসি

হাকমল্লে। খুরবা খোঙকাপ অমতং থাংলগা পুন্সিগী পাক্লবা লম্বী অমত্তং য়াৎলগে ৱাংলেন মিৎকুপসিদৈ।

ঙসিদি অতিয়াসি মওং অমনি।

---

# চীংনুং সনালোক্তগী

চৎলিফাও খঙদখৈ অসুম চৎলকপনা ঙসিদি অস্বাই য়ৌরে। খঙহৌদে। ময়াম্না হায়নবদৌনা পুন্সি খোঙচৎকা হায়রদি ইরাই লাইথোকখ্রে। মতম্-কা হায়রদি অমুক খঙলু-লুশিনখিবদৌনা তৌই। ঙরাংনা ঙসি পোকই। ঙসিনা হয়েং মীরোল্লি। হিংলিবসি লেপ্তবা খোঙথাংনি।

হঙ্গাম মপালগী ঈপাক্তা কুরাক ময়াম অমা কোইপাই পাইরি। লম্পাক্তা অঙাং চরাংবাই ময়াম শান্নবগুম। ঐনা উই অনকপদা কুরাক অমা, হঙ্গাম মপালদা তোংবা কুরাক অমা। কুরাক্কী মশাদা মহৌশানা য়েক্লিবা লৈরোংসি ফজে। মচু মচুগী অঙকপা লুহোংবনি। অয়ুক্কী অমেংবা নুংশা মঙালদা লৈহি পেন্না থক্তুনা কুরাক অমনা মঙ মঙই। মাই মমঙদা মাসি কুরাক্লি হায়না তৌই— য়েনিংথাগী হঙ্গাম মপালগী ঈপাক্তা ইরোইরি। য়েনিংথাগী খোয়থুম্নরবা লৈহি পেন্না থক্লি। থংনবা মিৎকুপ্তা য়েনিংথাগী মমিং খঙদবা উচেক অমনা কুরাক্তু চেনখ্রে। ঐনবু খলহৌই উচেক্তুনা য়োৎশিনখিবরা। মচাশিং পিজনবা মকোলদবু পুরিদ্রা। অমদি শোইরোই। ঐসি ঐনা হিংলিবসি ঐগী মঙ

ওইরম্লবদি কমদৌনি। শিবগুম্বা থৌদোক অমদা মিৎকপ থোক্লগা নহালমখৈ মী ওইনা হিংলুবৈ মঙসি লোইরগা ঐগী তুমদবা অহিংবা পুন্সি অমা হৌরবদি কমদৌনি।

লেপ্পা লৈত্রবা ঈচেলসিদা ঈপোম্ন হৌবা ঐগী পুন্সিগী তোর্ব্বান্দা থেংজিল্লরিবা মিৎকুপ্তি খরদনি। মিৎকুপ খরগী অরাবা মমিদি হিংবগী চেবাংথকসিদা তাদুনা অদুম মরৈরনি।

ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈশাবী মরাং কায়বা য়ুমথোং অনিখক লৈ। মরক মরক্তা মখোয় ময়াম পুনশিল্লগা য়া য়া নোকমিন্নবা তাই। শিংজু চামিন্নবা উই। নোংমদি মখোয় মখোম খাইদ্রিবা হৌদোং মচা অমা পম্লদুনা লৈমিন্নরম্বা উই। নুংশিদ্রা সিবু। অসুক পিকপা মমাসিনা মচা মঙা তরুক অমুক্তা পোক্লিসিবু ঙক্তা। করি করি মমিং থোনসিগে। ঙাইখো সিবু লাবরা অমোম্লা। অমসু হংই, অমসু হংই; কনাসু খুমদে। খুম্নবা হংলিবরা হায়সু খঙদে। ঐনা ইরেল চংশিন্দুনা হায়রুই। ঐ য়েংবিগেসে। মমৈ মচাদু ফৎ হায়গত্তুনা য়েংলগা ঐনা হায়— সিদি লাবনি। পাখোং ফোংবদৌনা ঐনা হরাও হরাও য়েংখৎলকপদদি লৈশাবী শঙ্গুদো ঐঙোন্দা মিৎয়েং থম্লগা খোয়রুম মোমোম্নদুনা লৈরম্মী। ইরাংনা মখে লাংলবা মিৎস্না থম্বালসিংদো, ইস! ঙকচানদুনা মিৎকুপ

অমতং লেপ্পল্লগা ঐ অদুম লাক্লে। অপুনবা মোমোন মিনোক্তু পুদুনা শঙ্গুদুগী অমতা ওইবা মিৎয়েংদো ঐগী য়াংলেন্দা নপ্তুনা অদুম লাক্লে। হায়ফেৎ ইকাইরকই। হৌদোং মচাদুগুম ঐসে য়েৎকী লমদাং ওইনা পোকপনি।

পুংকক চাউরবা মতাংনি। ইঙাগী নোংনা মবুক থল্লবা নম্বুল তুরেলদা ঐখোয় ময়াম ইরোইদুনা শান্নে। খঙহৌদনা ঐগী খুয়াদা তিকি হোৎপদৌনা তৌরকই। ইশাসি খংফা ফাজিল্লকই। স্বাই লাওই। কিবনা, কিবনা। কন্না লাওই। কয়া কুইবা মিৎকুপ্লো খঙদে। খংয়াং য়াংথোরকপদা থক থক নিক্লা তোর্ব্বান্দা কাখৎলি। ইশাদা ফি পক্তনা। শেৎলিবা ফি ঈরোলনুংদা লৈহৌরে। কিবনা নিকলবা ঐগী ইতৌ উবদা মরুপ-মপাংশিংনা খুদক্তা থাজখি ঐ শিরুদৌরে। ঐনা কন্না লাওবদো কনাসু তারমদে। ঙসিসু খুয়াদা খৎখিবা তিকি খুৎখৎতো হৈনদ্রি। ইকাই-ইকি খঙলবা, ফি হোংলবা মতাংদুদৈ অকিবা অমা থাগোন্নরি। পুন্সিবু রাশী হাপ্পা হিংববু মমল কাহনবা অকিবা অমা য়োক্তুনা থল্লি।

অয়াম্বা মতমদা মসিবু কাওথোক্তুনা হিংলিবসিসু ঙকই। পঞ্চ পাণ্ডবগী ময়াম্বা অহলগুম।

নুমিত্তুগী নুমিদাংল্লাইরমদা ঐখোয়গী ইনেহ্লনা মণি থম্বাল পুদুনা ঐখোয়দা লাকই। ইনেদু কৈথেল লুকমাই পানবীনি। ঙা অকংবা য়োল্লি। তিকি য়োনবীগা ফম্মিন্নে। পুরানা বাজারদা। তেরশিং অঙাংবগী পোদোল থান্দুনা। মণি থম্বাল অঙাওবা অঙাওবী মতৈ মনাওনি। অঙাং ওইরিঙৈদা কৈথেল চৎপদা পোৎয়োনবী মরক্তা তোয়না উই। চফু পৈদুনা য়োনফম মনাক্তা। ইনেদু লৈকাইদা ময়ুম পাল্লি। নকপনিনা মপামদা ঐখোয়দা তোয়না লাকই। নুমিত্তুসু খঙহৌদনা লাকপনি। মণি থম্বালদুসু মতুং ইন্দুনা লাকপদৈ ঐখোয়দসু পুরকপনি। ইধৌগা ইবোক্কা পিজনবা ঙশাং অতেকপা থিল্লকপদা অসুম লোয়নরকপনি মপা মপা। মাঙ্গোলদা ফমদুনা ল্লারী শান্নে। থম্বালদু করি করিনো অতুম্বনা চোইরোল লোনবগুম শম্নদবা ল্লা ঙাক্তা ঙাংই। খঙহৌদনা ঐঙোন্দা খুদোনবী থিল্লগা ময়েক শেংনা হায়রকই— হে অঙাংসিদি ঈশিংদা শিরুদৌরেনা। পাখত্তুনা ঐনা লাওই—ইমা। মতমদু কান্নবসু নত্রি কৈথেল কুমজরকপি ইনেদুদা ঐগী ঙসাইগী থৌদোক্তু তমদ্রিবা মতাংনি। অদুনা লোয়নরকপা মতৈ মনাওদুনা শমিন ফংনিংঙাই লৈতে। অঙাওবীদুনা কদাইদৈ লামশিল্লদুনা পুম্সিগী লংলাসিদা কিশিল্লরিবা করম্বা কিশিনো খঙদে।

মতমদো ঐ চীংদা তমেংলোংদা এস দি ও ওইনা পোস্তিং তারি। ঐগী ক্বার্টরদো চীংদুম অমগী মতোন্দা লৈ। ক্বার্টরদো ফনা চাউই, মরাং কায়না লৈ। চিক্তি চিকই। পাখংনি ঐ। ঐগা থারোন খুলদগী নুপামচা অমগা ঐখোয়নিতা মরৈ। নোংমা ছুটি অমদা য়ু য়াম্না থকপা তান্নবা মীফম অমা লোইশিল্লগা ঐ কোন্থোংফাও থোক্লুরগা অমুক হঞ্জিল্লকই। লোইরোই লোইরোই কাখৎলকই ক্বার্টর তম্না। ফনা থেংজিল্লক্লবা মতমনি। মম্মী, থাবল থোক্কে। করিনো মুশিন মুবা মতুগুম্বনা পুময়োম য়োমশিনবা ঐগুম্বা অনিমুক চাউ-শাংবা খুদুংনা চৎপা য়োংজাওগুম্বা অমা কোন্থোংলোমদা কুমথরকই। ঐ তম্না কুমথরকপা শোরি পারি ঐনা উই। ঐ থুক লাওদে। ঙকসু ঙক্কে। হেক মায়োক্লরকপদা ঐনা কিন্না কন্না থিল্লি। করিমত্তা থেংনদে। নুংশিত্তা খুৎতুম্না থিনবদৌনা ইহাং হ্যংই। শোরি পারিদি অমুক উখিদ্রে। সংসারসিদা নাকোংনা তাদবা খোঞ্জেল কয়াই খোন্থাং য়ৈরবা মাল্লি। মিৎনা উদবা শকফম কয়াই মমিসু তারবা মাল্লি।




পুন্সিসি

ঐগী পুন্সিসি

...নি রাগীদা ...নি।

---



শক ১৯৫৮ গী মার্চ তাং ১ দা উরিপোক তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। লৈখিদ্রবা মণিপুরী সাহিত্যদা থৱায় লুপচখিবা কাংজম পদ্মকুমার অমদি তম্ফাম্না দেবীগী মচানুপা অহলনি। ইংরাজী লোন অমদি সাহিত্যদা মাস্তর তৌখি। হৌজিক্তা ইন্দিয়ান এডমিনিষ্ট্রেটিভ সার্বিসকী ওফিসার ওইনা ইম্ফাল বেষ্ট ডিষ্ট্রিক্কী ডিপুটি কমিসনর ওইরি।

চহি কুন শুরকপদা ইরাংজীদা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙখি। সাহিত্যগী চেফোংশিংদা ৱারী মচা, শৈরেংশিং ফোঙদুনা লাকখি।